# বৈশ্বানর বিদ্যা

কন্তবা

ঐগী জ্ঞানগী, ধর্ম্মগী য়ুম্ফম ওইরবা
ডিভাইন লাইফ সোসাইটিদা লাইরিক
অসি খুদোলপোৎ ওইনা কচরি।

—হাওবম বারুণী সিংহ

অকোঙবা : অহৈবা

কোপী মশীং : ৭০০
শোক — ১৯৯২ ইং

লাইরিক অসি কোঙননবা হোংনবদা শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহনা তেংবাং কয়া পীনবীরকখি। মসিগীদমক পুকচেল চাউরবা ভদ্রলোক অসিবু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

মণিপুর গীতা প্রেসকী ষ্টাফ্না লাইরিক অসি পুথোক্লবা থরায় য়াওনা হোংনবিখিবা অসিগীদমক হন্না-হন্না থাগৎচরি।

মমল লুপা—১৫/-

মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ, পাকিং ইম্ফাল।

# বৈশ্বানর বিদ্যা



অহং বৈশ্বানরো ভূত্বা প্রাণিনাং দেহমাশ্রিতঃ।
প্রাণাপানসমাযুক্তঃ পচাম্যন্নং চতুর্ব্বিধম্ ॥

গীতা— (১৫ ঃ ১৪)



স্বামী কৃষ্ণানন্দজী মহারাজ, জেঃ সেক্রেটারী ডিভাইন লাইফ সোসাইটি ঋষিকেশ-না ইবিবা বৈশ্বানর বিদ্যা হায়বা লাইরিককী ইমালোন্দা হল্লোকচবা।

—বারুণী সিংহ

পঞ্চাগ্নি বিদ্যাগী মরুওইবা রাক্ষম থর ঃ—

মীন শিম্নগ চংপা লম্বী অহুম :—

১। দেবযান

২। পিতৃযান

৩। তীল-কাঙগী লম্বী।

পঞ্চাগ্নি বিদ্যাদা তাকপীবা মী পোক্লকুপগী লম্বী ঃ

হোম মঙা লাল্লগা পোক্লকুপনি, অরোইব কোমদি জীবনা চিঙাক্ত চঙলগা— মীনা চারগা জীব ওই। সুপান্না চারগা মরু ওই, সুপীন্না চারগা ক্ষেত্র ওই।

লাইরিক অসিগী মতুংইন্না প্রাণ মঙাগী মথং-মনাও অমস্তুং মরী লৈনবা ইল্লি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | প্রাণ | — | মিৎ |
| ২। | ব্যান | — | মাকোং |
| ৩। | অপান | — | চীন |
| ৪। | সমান | — | মন |
| ৫। | উদান | — | উনশা |

# অফোঙবগী ৱারোল

বৈশ্বানর বিদ্যা হায়বসি ছান্দোগ্য উপনিষদকী মঙাশুবা অধ্যায়দা য়াওবা মমিং চংলবা বিরাট ভগবান সাধনা তৌনবগী লাইনীং পম্বিংনি। মসিগী মনাঙদ পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়না খঙনরবা সাধনা মথল অমা য়াওরি। কাঙলুপ অনিসি তোঙান-তোঙানা সাধনা তৌবা য়ারবন্সু উপনিষদ অসিবু তাকপীরম্লিবা অমসুং নৈনবিরম্বা শুরুশিংনা নাম্হোকপা য়াম্রবা, অরা-অনানা থল্লবা পোকপা, হিংবা অমসুং শিবগী লাংদগী কোক্লবগী মরুদি পঞ্চাগ্নি বিদ্যাদগী হৌরক্লবন্সু মরুওইবা সাধনাদি বৈশ্বানর বিদ্যানি হায়নৈ। মসি স্বামী কৃষ্ণানন্দনা পীনবিখিবা লেকচরদগী খজিক্তং পাকথোক-চাওথোকহল্লগা ইবনি।

—ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ঋষিকেশ

# ম্রা অম'নিদং

ঐখোয়গী সংসারসিদা উ-ম্রা, সাপী-শাংনা, শা-ডা, মী-নচিংবা মথল্-মখেল্ কয়া উরি। পুম্নমকসি উঁরুমগা পুক্নীংদ অরুকপ, সুংজাইবা, অকিবনচিংব পোক্তব ঙমদে। অটৈবগী মমুংদা ঐখোয়না জীব কয়া পোকপা, শিব উব ফংই। কদায়দগী লাকপনো, কদায়দ চংশিন্নবনো — করা অমত্তনা খঙবা ঙমদে, খঙগে হায়রবসু থিনদে।



মীওইবগী মতুংদ, ঐখোয়না পুন্সিসিদ কী কয়া শিব-পোকপা উবরি। কদায়দ চংশিন্নবদা, কদায়দগী লাকপনো— করা অমত্তনা খঙদে, হংনদে। পোক্রবদি শিব শোয়দ্রবনি হায়বসিসু ঐখোয় পুম্নমক্না খঙই। অদুবু— খঙবা খঙবা, ঐগী সুংশিনব অমা শিবদ কয়া কপ্পা-লাউনরি, কানরি। মংশ্রবা, মোংমগী চান্নবা হোংনবদসু মনীং থুংত্রব ইমুংদসু শুক্নাইদবা অমা থোরকপদ কয়া হয়াওনরি। থোরক্লিবা অভাংসিনা তুংদ কল্লি ওইরগদগে হায়রবসু করা অমত্তনা খঙব ঙম্বা নত্তে।

হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইসা মপোকশিং মসিবু চাওরাক্না শরুক মরি থোক্না শায়দোকই। মদুদি —

(১) জরায়ুজ

(২) অণ্ডজ

(৩) স্বেদজ

(৪) উদ্ভিজ্জ

১। জরায়ুজ— মাওয়োমদ পুম্নগ পোকপা শা-ষণ, মোং, মী-মচিংব।

২। অণ্ডজ— মরুমদগী পোকপা— ঙা, উচেক্রচিংবা।

৩। স্বেদজ— মরেক-মহাওদগী পোকপা— হিক, মা, তুমিং-মচিংবা।

৪। উদ্ভিদ্‌জ— উ-রা, নাপী মমা-মশিংমচিংবা।

পুম্নমকসি পুনশীল্লগা মমা লাখ মরিক্কুমরিনি (৮৪) হায়ন হিন্দু শাস্ত্রনা তাকপীরি। মস্নামসিগী মনুংদা মীন জীব চৈতন্য —জ্ঞান তত্ত্ব থ্বাইদগী হেল্লি। মীগী থাক হেক মোয়ক্লব মতাংদ, মীয়্নামসিগী মরক্তগী কমাগুম্বনা মথাগী রাহংসি হংনরকই। মতুঙ্গি 'ঐ' কনানো? কদায়দগী লাকপনো? শিরগা লোইরমা? পোকপা-শিব হায়বসি করিনো? অসিনচিংবা।

মীগী মনুংদসু জ্ঞানগী থাক খেন্নবগী মতুং ইন্না হিন্দুগী শাস্ত্রনা মী মথল লাখ মরিনি হায়রি। মসি পুম্নমকসি খন্থরগদি অচৌকপগী অচৌকপ হায়বনি।

মীওইবা ঐখোয়না থ্বাইদগী হেন্না পামদব অমম্বুং কিবসি শিবনি। মতম শাংনা হিংবা, নৈবা পামই। হিন্দু শাস্ত্রদ ভগবানসি করিনো হায়বা লায়না খঙ্ঙনবা অমম্বুং তাক্লমবা লাক্লবদা রাহৈ অহুম্না ফোঙদোকই। মতুঙ্গি 'সৎ-চিৎ-আনন্দ' নি। 'সৎ' না হিংব, নৈব খঙৈ। মীওইব ঐখোয়না পামই হায়রুবা শিদবদি শুকয়া য়াবোই হায়বসি খঙ্ঙা খঙনা খঙদে, কাউথোকই। গীতাদ'ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জীবদি পোকপন্থু পোক্তে,

শিবস্থ শিদে— হায়ব তাকপীরি। 'ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিৎ'— (২—২০) পোক্লিবদি মঙা-মপাদগী লৌবা হকচাংদনি।

অদুম তৌহুনা ভারতকী যোগী-ঋষিশিংনা 'ঐ' কনানো? পম্বুংকন্না কদায়দনো? থিরকপদ পোকপ-শিবগী মরমদ য়ায়া কুপ্পা নৈনবিরমই। মোংচুপলোমগী দর্শনদ হৌজিক কাওবা মসিগী মতাল তাব থেংনজদ্রি। লাইরিক মচাসিদ নৈনরিবসি 'জীবনা পোকপা-শিবগী চৎপা লম্বীচুগী মরমদনি' অমস্তুং কনম্না অন্নাবনা থল্লবা সংসারসিদা অমুক পোক্লোইদোবগে হায়বচুগী মরমস্থ তাকপীরি। গীতাদ শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরি— 'অনিত্যমসুখং লোকমিমং প্রাপ্য ভজস্ব মাম্' (৯—৩৩) অরেপ্পা নৈতবা, অন্নাবগী মশক ওইবা সংসারসিদা মীওইবগী মপোক কংলবা মতমসিদা ঐবু নীংজহৌ।

পঞ্চাগ্নি অমস্তুং বৈশ্বানর বিদ্যা অসিসি ছান্দোগ্য উপনিষদ্‌তা য়াওবনি। পঞ্চাগ্নি বিদ্যাদ জীবনা পোকপ-শিবগী চৎপা লম্বী তাকই অমস্তুং বৈশ্বানর বিদ্যাদ জগৎ পুম্নমকসি অপুন্বা মিৎয়েংদ য়েংলগা পোকপা-শিবগী লাংদগী নাম্থোক্লবা লম্বী তাকপীরি। বিদ্যাসিদা— জগৎ পুম্নমকসি অপুন্বা মিৎয়েং অমত্তনা য়েংব মওং তাকপী। অন্না সুংঙাই সংসারসিদা থোক্লিব থৌদোক পুম্নমকসি— মরমাই থোকপা হায়বা নৈতে, অমদ থোকপচু পুম্নমক্তা মচুগী reaction কংই হায়রি। খুদম ওইনা চরাই মঙ্গল মরু অমা থাবদা হৌরক্লবদ চঙলিবা শক্তিসি ভগবানগী cosmic force লোইনমক চঙই হায়না তাকপীরি। ভগবান

# য়াওফম তাকপা

হীরম — লমায়

# বৈশ্বানর বিদ্যা

## পঞ্চাগ্নি বিদ্যা

প্রকৃতিগী হোনশা ওইরবা থাদোক্লবা য়াত্রবা সংসারদা পুল্লিবসিদগী কোক্লনবা সাধনাদু উপনিষদনি। প্রকৃতিগী নিয়ম্না হোনশা ওইনা, থাদোক্লবা য়াত্রবা মওংদা ঐখোয়বু পুল্লিবসি মী অমমম্ ওইনদি সাধনাগী নিয়ম্না মহুগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙমই। মী অমমম্ ওইনা মশাং লাইত্রবা পোকপা-শিবগী লাংদা ঐখোয়বু পুন্দুনা থম্লিবসি ঐখোয়না প্রকৃতিগী নিয়মদু খণ্ডনবদগী থোকপনি হায়বসি উপনিষদকী দর্শননি। ঐখোয়না অরাবনি হায়নম্লিবসি, মুম্না খল্লগদি, ঐখোয় ইশানা প্রকৃতিগী নিয়মগী বাংমদা চংলুবদগী থোরকপ। ইশানা শেমজবনি। মশাগী অশেংবা মশক্তু নত্তবদা অশেংবনি হায়দুনা তোঙানবা মশক অমা লেপ্পবু "অহঙ্কার" কৌই। মসিনা মীওইবগী Personality হায়বদুগী যুম্ফম্নি। 'ঐহাক অদুগুম্বা মখলগী মীনি, ইঙুন অদু লৈবনি, ময়ামদগী তোপ্পনি' — অসিনচিংবা অহঙ্কারনা মরুম ওইদুনা জীবনা মশা-মশাদা তোঙান-তোঙানবা অরা-অমা কয়া কংই। মুম্না খল্লগদি, মী অমদা পোকপা-শিবা হায়বসি ভগবানা ঐখোয়দা — জীব অমমম্ ওইনা অজ্ঞান্ মাঙলক্তুনা জগংকী

অমত্ত ওইবা জ্ঞানসি ফংলকুবা দগি মথল অয়নি। ঐখোয়না ইশাগী চাওখোকচবদগী ( Ego দগী ) জগজ্বা লৈরিবা জীব পুম্নমকসি অমত্তনি, হায়বা কাউহনা ঐসি ইনৌংতবা তোঙানবা অমনি থনবদগী খোরকপনি।

ঐখোয়গা হৌজিক লৈনগদৌরিবা ছান্দোগ্য উপনিষদকী শরুকসি—ঐখোয়গী লৈরিবা জ্ঞানসি মথং মথং কাখৎলকুনবা সাধনাগীদমক্তনি। সাধনা অসিগী মপান্দগী ঐখোয়না নোংমগী খেংনরিবা থাদোকপা য়াত্রবা পোকপা, হিংবা অমম্তুং শিব-মচিংবদগী খোরকপা অরা-অনা কয়াদগী লাম্হোক্তুনা জীবগী অশেংবা হৌয়ককম শক্তমহ্ থঙনবনি, ফংনববনি। মতুংদা লাক্লিবা শরুক কয়াসি ঐখোয়না অধ্যাত্মবিদ্যা নত্রগা আত্মবিদ্যা কৌবা—'ঐ' কনানো তাকপা জ্ঞানহনি। মসিগী জ্ঞান অসিতনা ঐখোয়না খেংনরিবা সংসারগী অরা-অনা অসিদগী কয়নবা অমত্ত ঙাযবা লম্বীনি।

হৌজিক হৌগদৌখিবা অকক্লবা সাধনাগী মওংসি (Tratise) 'পঞ্চাগ্নি-বিদ্যা' হায়না খঙনৈ। 'মৈ মঙাগী জ্ঞান' (the knowledge of five fires )। উপনিষদনা মসিদা তাকপীখিবসি জীবনা পোক্ল-শিয়া, পোক্ল-শিয়া তৌহনা, মপোক কয়া পোক্তুনা ঐখোয়বু সংসারদা পুন্দুনা থক্লিবা ( evolution ) অসিগী লৈদুনা লৈরিবা মওং অমম্তুং মহুদা চংলিবা লম্বী ( transmigration ) তাকপী। লৈদুনা লৈবা গাড়ীগী চাকাগুয়া সংসারগী চক্র অসিদা লাকপগা চংখিবগা, নত্রগা কাখৎ-কুমথ তৌহনা জীবনি

লৈদুনা লৈ। মসি করম্না থোক্লিবনো, মতমগী করম্না নাহোক-দগে, ঐখোয়না পান্থ-পামদবা থায়দনা ঐখোয়বু নমথনা ইল-হল্লিবা— পোকপা-শিবগী আইন্ অসিনা করিনো, অতুগা অমুক হিংলিবৈগী মতমদা ঐনা ঐনা তৌবা কর্মগী মতুংইন্না কংলিবা জ্ঞান ( experience ) অসিনা করিনো,—অসিনি ঐখোয়না মৈনগদৌরিবসি। জগৎকী আইনসি ( cosmic law ) ঐখোয়দা অম্বক্কী মতিক পাক-চাউনা শন্দোকই—মতুদি হেক কারণময়কপদা ঐখোয়না দণ্ডি ফংই। মশাগী অজ্ঞানদগী থোকপনি হায়রুনা জীবনু সংসারদা পুন্দুনা থম্লিবসিগী রাহংসি অমস্তুং মতু কোক্লমবা পাশ্বে কয়াসি তোঙান তোঙানবা শরুক কয়াদা নৈনম্নি।

বৃহৎ-আরণ্যক উপনিষদনা তাকপীরিবা মওং অমস্তুং সাধনাগী নিয়ম য়াম্না অরাংবা থাক্কী ওইরবন্দু, ইচম-চম্বা মী অয়াম্বগী চৎপা ওন্বা রাখলগী রাংমদা লৈ, ছান্দোগ্য উপনিষদনা ইচম-চম্না চাং য়েংবা য়াবা মওংদা চঙশিল্লি অমস্তুং মমৈদা থ্বাইদগী অরাংবা ভগবানগী থাক্ত পুখৎপী। অয়াম্বা Scholar শিংগী মত্তা— বৃহৎ আরণ্যক উপনিষদতি ভগবানগী থ্বাইদগী রাংবা থাক অতুতদা নৈনরনি, মরম অসিনা মী অয়াম্বনা থঙবা ওম্নদে অমস্তুং চৎপা ওমদে। ছান্দোগ্য উপনিষদনা অয়োবী পন্থ্রংফমতু য়োননথা ইচম-চম্বা মী অয়াম্বনা চৎপা ওম্বা মওংদা তাকই। মমৈদা অয়োইবদদি অসিমক চপ মান্নবা, লোই। মরম অসিনা উপনিষদ অনিসি অয়োইবদদি অংগা অমগা মতেং পাংনবনি—অমত্তনি হায়না লৌবৈ।

## ক শিরবা মতুংদা জীবনা চৎপা লম্বী

পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়বসি মী পুম্নমক্না খঙনরবা অমসুং শোয়দনস্ত্র থোক্লগদৌবা, থোকইবা পোকপা-শিবা হায়বসিগী মসুংগী অর্থ খঙননবা তাকপা অকক্লবা মথলগী জ্ঞাম্নি নত্রগা সাধনান্নি। ঐখোয়গী চুম্নগী পুক্নিদা থেংনন্নিবা থৌদোক পুম্নমকসি মিংনা উবা ঙমদবা থৌদোক খরগী মহৈনি। ঐখোয় মী পুম্নমকসি পোক্লকপনি অমসুং শোয়দনস্ত্র শিগদৌ-ন্নিবনি, তৌইগুম্বসুং পোকপা-শিবগী মরমদি ঐখোয় কনা অমত্তনা খঙনদে, থোকহল্লিবসিগী মরমসু ঐখোয়না খঙনদে। মী অমবু শোয়দনা পোকহল্লিবা অমসুং শিহল্লিবা অসিগী শক্তিসি কনায়দগীনো? লম্বী অনিসিদা ঐখোয়না করিগুম্বা অমত্ত থুং থিংজিল্লবা ঙমদে হায়বসি ঐখোয়না শেংনা খঙই। পোকপগীদসু, শিবগীদসু— ঐখোয়না করিমত্তা তৌহন্নীংবা মতংদা থুং থিংজিল্লবা ঙমদে। থৌরম অনিসি ঐখোয়না শীংবা ঙম্বগী রাংমদা লৈ। অসিগী মথক্তা কনাগুম্বনা থেংনক্লবদগী (experience) মসিগী মরমসি খঙলকপসু য়াওদে। পোকপা-শিবা অমসুং হিংলিবগী মতমদা থেংনক্লবদগী ফংলকপা থৌদোক কয়াগী জ্ঞানসি ঐখোয়না করিমত্তা খঙদবা মরম কয়াগী মহৈনি। ঐখোয়না মহৌশাগী ওইবা, প্রকৃতিগী নিয়ম্নি হায়নবা চেনবা য়াম্রবা, ফংলিবা অরাবসি কোক্লনবা লানবা মখল অমা অমসুং অনৌবা জ্ঞান অমা তাক্লনবা অমসুং খঙহনবা উপনিষদনা ঐখোয়দা হোংনন্নি।

মসিগী মখি লৈননা হোৎনবদা উপনিষদনা রারী অমা ওইনা হৌই।

মতম অমদা সেতকেতু কৌবা ছাত্র অমা লৈরমই। মহাক্কি উদালক কৌবা মুনি অমগী মচানি। ছাত্রসি মীংথিনা মহৈ-মশিং তম্লবা, পাখবা অমসুং নৈনরবা ছাত্রনি। মহাক য়াম্না হৈরবনি, তম্লবনি হায়না খন্দুনা মহাক্কী হৈ-শিংবহু মহৈ-মশিং হৈরবা মীয়ামদা উৎপা পাম্লমই, উৎলমই অমসুং নিংথৌ-শিংগী রাজসভাদা চৎলগা শাস্ত্রগী ময়ম কয়াদা নৈনরমই অমসুং য়াম্না বিদ্যা লৈরবনি হায়না মমিং চৎলমই। মসিগী নহাসি লোংমদি ভাঙ্গা চারুবদগী পুকচেল চাউরবা প্রবাহন জৈবলি কৌবা নিংথৌরেলগী রাজসভাদা চৎলমই। নহাসিনা সভাদা হেক য়ৌরকপগা নিংথৌরেলনা য়াম্না ইকায় খুম্মনা তরাম্না তৌরমই অমসুং বেদ-শাস্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণ অমদা উৎপা হৌনবা ব্যবহারহু তৌরমই। মতুংদা নিংথৌনা বাহং অমা হংলমই :—

ইবুংঙো মহাক নহৈ-মশিং মীংথিনা তম্লরা অমসুং নৈনরব্রা ? নহৈ তম্বা লোইরে হায়না খল্লব্রা ? নংগী পাবুংনা নংবু কয়া য়াম্না তম্বীরে ?

নহানা খুম্মমই— ঐহাক তম্বা য়াবা তমজরে, পাজরে অমসুং নৈনজরে।

মতুংদা নিংথৌনা বাহং খরা অমুক হংলমই — 'ইবুংঙো! মহাকসি ঐনা বেদ-শাস্ত্র য়াম্না হৈরবা হংলিবমথৈ খুম্বা ওম্লগদৌবা

মীনি হায়বা লৌয়ে। বেদ-শাস্ত্রগী তোঙান তোঙাম্বা মশা-মরেং পুম্নমক খঙলম্লগনি হায়বা খল্লে।' নহাহুনা হংলিরমখৈ খুম্বা ওয়গনি হায়না খন্দুনা— থাজবগা লোয়নবা হংবিরকউ হায়না খুম্নমই। মহুদা নিংথৌনা রাহং মঙাখক হংলমই :—

অহান্বা রাহং :— মীনা লৈরিবা সংসার অসি থাদোক্লবা মতুংদ কদায়দা চংখি? শিরবা মতুংদ জীবসি কদায়দা চংখিবগে? ইবুংঙো। মসিগী পাউখুম খঙব্রা?

নহানা খুম্নমই :— ঐ খঙজদে, রাহংসিগী পাউখুম্ খুম্বা ঙমজজ্রে?

অনিশুবা রাহং :— মতুংদা নিংথৌনা অতোপ্পা রাহং অমা অমুক্ হংলে — সংসারসিদা অমুক হুন্না পোক্লরিবা মীশিংসি কদায়দগী লাকই — খঙব্রা?

নহা :— মহুম্ম ঐহাক খঙজদে।

অহুমশুবা রাহং :— মীনা শিরবা মতুংদা দেবজান, পিতৃজান হায়না খঙনবা লম্বী অনিসিগী থেম্নবা নহাক খঙব্রা? লম্বী অমদগী অমনা তোপ-তোপ্পা লৈনরিবসি করিগীনো?

নহা :— রাহং অসিগী পাউখুমম্ম ঐহাক খঙজদে।

মরিশুবা রাহং :— মথক্তা লৈরিবা জগৎসি থন্না অমম্বুং পাথোক্লা লৈত্রিবা করিগীনো? মতম পুম্নমক্তা—মীয়ামসি অদুম চন্দুনা লৈ, করিগুম্বা মতমদা পাথোক্কে। মসিগী ররম্না করিগীনো?

নহা :— অহুম্ম ঐহাক খঙজদে।

মঙ্গাঙুবা ব্রাহং :— হোম (oblation) মঙ্গা পীরিবহৃ ইবুংঙো নহাক খঙঙ্গ্রা ? মঙ্গাঙুবা হোমহুনা মহৌ ওইরগা মী ওইরক্লিবসি করিগীনো ?

নহা :— মহুক্নু ঐহাক খঙজদে।

মহুংদা নিংথৌনা হায়রমই :— ইবুংঙো ! নহাক মীংথিনা ভমলে, পায়ে, নৈনরে — হায়রিবসি করিগীনো ? ব্রাহং মঙ্গাসিগী পাউথুম অনা কাওবা থুম্বা ওমদবা মীনা করম্না মশাবু মহৈ তম্লে, হৈরে হায়গদৌরিবনো ? মশান্না— ‘ঐহাক লাইরিক হৈরবনি”— হায়না খঙরিবহৃ কদায়দগীনো ? ব্রাহংশিংসি অমম্ভ তাকপীদ্রবদি নংগী নপাবুংনা তম্বীরিবসি করিবুনো ?

নহাক্ত নোল্লুকহল্লে, মশাগী চাউথোকচরম্নক্ত মাঙঙ্গে। মামা খঙদবা কয়া অমা নৈরি হায়বসি মশানা খঙজয়ে। মানা তমজুরিবা মহৈক্ত মপুং ফাদ্রে হায়বসি খঙজয়ে। মহাক্না মশাসি বেদ-শাস্ত্র য়াম্না হৈরবনি. তম্বা লোইরে হায়না খল্লম্নক্ত লাল্লে হায়না খঙবহৃ মসিনা অহান্নবনি।

নিংথৌনা মাবু ঙাইখো, নৈখো— হায়জরবক্ত মহাকসি ইকায়-খুংশি য়াম্না মথ্বায় খুংঙাইতহনা য়াখিদে। কোমুংদগী মপাগী মনাক ভাম্না চেনখিরমই অমম্নুং লাউরমই— ‘করিগীদমক পাবুংনা ঐঙোন্দা বেদ-শাস্ত্র তম্বা য়াবমখৈ ভমলে অমম্নুং তাকপীবা য়াবা মশা-মরেং পূম্নমক ভাক্লে হায়বিম্রিবা করিগীনো ?’ নোংম পাবুংনা ঐঙোন্দা অম্নুম্না তাকপীখি। ‘ঐগী লাইরিক তম্বা লোইরে, অমুক তমনীংঙাই লৈজে।’

মপাবুংনা খুম্লমই — হোয় ! মহুদা কৈদৌয়বগে ? মচানা ওনশিন্দুনা খুম্লমই 'নত্রে। মহু নত্রে। নিংথৌহুনা ঐঙোন্দা রাহং খরা হংলমই, মহু অমা কাওবা ঐনা খুম্না ওম্লমদে। মতিক চানদি তম্বীত্রগা পাবুংনা ঐবু মতিক চায়ে, তম্বা লোইরে তাকপীরে।'

মপা :— কৱি কৱি রাহংনো।

রাহং মঙাহু তম্লে অমস্তুং হায়জরমই —'রাহং মঙাসিনি নিংথৌনা ঐঙোন্দা হংবা মসিগী পাউখুম তাকপীয়ু।'

মপা :—রাহংশিংগী পাউখুম ঐনা খঙলম্লবদি, ঐহাক শোয়দনা নঙোন্দা তম্লমগনি। রাহংশিংসি কৱিনো হায়বা ঐহাক খঙদে, ঐনা হৈবমথৈ নঙোন্দা তম্বীবনি। রাহংশিংসি ঐনা খঙবা ওম্বগী রাংমদৱি। ঐহাক অসিগুম্বা রাহংসি কৱিগুম্বা মতমদা তাখিদ্রি। মরম অসিনা ঐনা কয়ম্না রাহংশিংসিগী পাউখুম পীবা ওমগদৌরিবনো ? ঐখোয় অমিমক ছাত্র ওইনা চঙজসি, অসি নত্তনা ঐখোয়গী পাম্বৈ অতৈ লৈতে। নিংথৌ মশামক্তদগী (ঐখোয়) মসিগী জ্ঞানসি তমলুসি, য়াম্না নোঙ্গুকপা ছাত্র অমা ওইনা চঙজসি।

মচা — পাবুং লেঙবিক্ক, ঐদি চৎচনীংত্রে।

মচাসি অস্তুকী মতিক ইকায়রম্মী, মহুদি মহাক নিংথৌগী মমাঙদা মহাকী মশক্তু অমুক হন্না উৎপা পামদ্রে। মপাবুংহু চৎলমই, মচাহুদি চৎখিদ্রে।

মপাদুদা যাম্না নোঙ্‌ক্কা নিংথৌগী রাজসভা তাগা চংখিরম্মী। নিংথৌদু যাম্না ইকায়খুম্‌না, নোঙ্‌ক্কা ব্রাহ্মণ অহুবু ওকখি। *গৌতমনা কোম্মুংহুদা অহিং অমা লেপ্লে। মতুংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা রাজসভাদা শক্কাম উবা লেত্তনকপা মতমদা ব্রাহ্মণ অহুম্‌দু মন্থনা চংলক্লী।

নিংথৌনা হায়রমই :— ইকায় খুম্‌নকম ওইরবা ব্রাহ্মণ! সংসারসিদা লৈরিবা পোংকী মথংদা করিনো অপাম্বা তাকপীয়ু। হিংবদা খুদোং চাদবা লল পায়রবদু তাকপীয়ু। তাকপীরকপা অমা ঐনা কংচগনি। সংসারসিদা লৈবা পোং, মী অমা ওইনা হায়রবা মাগী পোং, পায়রবা-শোকপা য়াবা কম্বিদুবা মশক নাইবা পোং, হায়রিবীংবা পোং অমা তাকপীয়ু— মহ ঐহাক মনা ওইনা কংচগে।

ব্রাহ্মণ— ভগবানগী থৌজালদগী পাযবা-শোকপা য়াবা পোংকী মথংদদি— ঐহাক মতিক চানা লৈতে। সংসারসিদা হিংবদা চঙবা পোংকীদি— ঐহাক থোইদোকপা অরাংপা লৈজদে। মন-থুম্ পুম্নমক্কু মহারাজগী অহুম থম্মীয়ু। ঐগী থোইনা মরকায় লৈজদে। তোইগুম্বম্বুং ঐনা লাকচরিবসিদি— মহারাজনা ইচাদ লুংবিখিবা রাহুংশিংহুগী পাউখুম জ্ঞান,— মহারাজনা ঐখোলনা অমুক্কা তাকপীয়ু। ঐহাক জ্ঞানগী (মহৈগী) দমক্তা লাকচবনি। পায়রবা-শোকপা, উবা য়াবা, মহারাজগী থৌজালগী পীনিবা ঐনা পোংকী মথংদগী অপাম্বগীদমক্তা লাকচবা নংচদে। মহুদি ঐখোলনা মরকায় লৈজদে। ঐনা লাকচরিবসিদি—

*গৌতম—উদ্দালক অরুণি।

মহারাজনা ইচাদা হংবিখিবা বাহং অমত্তুং মানা অমত্তম্ থুবা ঙমখিদবা বাহংশিংহুগী পাউথুপ— জানহু ভমজগে লাকচবনি।

নিংথৌ তৌকম খণ্ডল্লে। ব্রাহ্মণহুগী রাজাও তাবদা মপূক্রীংদা মণ্ডল-মণ্ডল কয়া থল্লি, তৌকম খণ্ডদবা অমা পোল্লে। মহাক কল্পি পাউথুম্ পীগদগে হায়বা খণ্ডল্লে। মরমদি অসিগুম্বা লুম্বা জ্ঞানসি কনাগুম্বা অমনা হংলগা হেক পীথোকপা হৌনদে। অয়াম্বা গুরুশিংনা চংনবিবসি অসিনি। গুরুহুনা ছাত্রহুগী পুক-চেল হায়া খণ্ডখিবা তাই। অসিগী মথক্তা ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণগী গুরু ওইবসি তৌমদে, মসি মমাঙৈগদগী চংমরকপা কুইরবা নিয়মনি। নিংথৌসি ক্ষেত্রিনি, মকম অসিদা ছাত্রসিনা ব্রাহ্মণনি। ব্রাহ্মণা ক্ষেত্রি ভম্বীবনি, ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণ ভম্বীনদে। মরম অসিনা, ফিভম অসিদা, ব্রাহ্মণসিদা কল্পি পাউথুম পীগদগে হায়ব-সিদা গুরুম্মী, তৌকম খণ্ডলমদে। মপূক্রীংদা অঙকপা অমা ওইনা থোক্লে।

নিংথৌহুনা ব্রাহ্মন্দুদা হায়বা য়াবসি অসিদনি— 'মতম খরদং মকম অসিদা লৈবিখো, ঐথোয় থম্নখিসি। চহি অমদি লৈখো অহুগা থম্নসি'— হায়হুনা খুম্নমগনি হায়না থাজবৈ। মসিনি থায়নদগী চংনরকপা নিয়মসি। ব্রাহ্মণ অহুমা জ্ঞানহু কংননবগীদমক হৌনবী নিয়ম ভাকুনা লৈরম্মী। মরম অসিনা বোংবদি নিংথৌনা হায়রম্মী— "হৌজিক' কাওবদি ক্ষেত্রিদনা লৈবা, থূপত্রবা জান অমা পীবু হায়বিনি। মসিগী জাজসি, ব্রাহ্মণ অমত্তা খণ্ডত্রিবনি। হৌজিক্তি ক্ষেত্রিদমা খণ্ডবা অসিগী বাংমদা

চংলকপা তারে, মরমদি নহাক্না ছাত্র অমা ওইনা ঐঙোন্দা কংজরে অমত্তুং নংনা মসিগী জ্ঞানসি পায়ে। হৌজিক কাওবদি মসিগী অথুপ্পা জ্ঞানসি লৈবদগী নিংথৌশিংনা মকম পুম্নমক্ত মরামদগী হেম্না লৈবনি। মসিগী জ্ঞানসি লৈবদগী নিংথৌশিংনা মীয়ামদগী হেম্না লৈবনি অমত্তুং প্রজাবু নীংথিনা তাকপা-শেম্না ঙম্বনি। হৌজিক্তি নংনা মসিগী অথূপ্পাসি ঐঙোন্দা পীরে। হায়রে। অহুম অহুম ওইনমক নিংথৌসি জ্ঞানসি পীরগে হায়না খল্লে। মহাক য়ানীংদবা তৌরে। অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ অসিনা ছাত্র অমা ওইনা, চংনবী নিয়ম কায়দনা, নোংক্রা অমত্তুং হায়বা ইম্না লৈরকপসিদা — জ্ঞানসি পীরগে হায়না লেপ্লে। অহুম তৌহনা অঙকপা কংলবা অচুম্বসি নিংথৌহনা তাকপীরে।

হৌজিক্তি মীয়ামগী কান্নবগীদমক নিংথৌনা নহাক্না হংখিবা ব্রাহংশিংহুগী চপচাবা পাউথুমহু লাক্লে। নিংথৌনা পীরক্লিবা পাউথুমশিংসি মুম্না খল্লগদি সাথনা মখল অমনি। মখোয়সি মীওইবগী ব্রাখলগী থাকসি মথং মথং অরাংবা থাক্তা কাথংনবা নিয়মনি। মখোয়সিবু "বিত্তা" কৌই, মরমদি মখোয়সি তোপ তোপ্পা মশক নাইবা জ্ঞাননি। "বিদ্যা" হায়বসি থ্যানবুম্বু অমত্তুং কোচিন-কোয়া য়োনা কুপ্না খঙবুম্বু খঙবে। বিদ্যা হায়বসি চুম্নগী খঙনম্নিবা জ্ঞান্দগী হেন্নোকপা, বিজ্ঞানিক ওইনা অমচিংববু খঙবে।

মসিগী জ্ঞানসিগী থোইদোকপা মওংদি — অতৈ অতৈ মরম্না খঙলম্নিবা জ্ঞানশিং অসিদগী মসিগী তাব অসিবা থোইদোক

ঐখোয়সি হুংশিংনা হমদোক্রবা, উজ্জ্বল মরিক মপৈগুশনি। প্রকৃতিগী নিয়মা ঐখোয়গী ওকশমদা, মতম পুম্নমক্তা পুম্নগুম তাহনা, ঐখোয়বু নমহনা মানা থোদারকপহ ইনহল্লি। খুদম ওইনা পীরবদা—ঐখোয়মা পৃথিবীগী চিংশিন্নগী পাঙ্গলসি (gravitation) থিংবা ওমদে, মাগী মথাদা লৈবনি। ঐখোয় নিয়মসিগী মীনাইনি। ঐখোয় তুবা য়াই, খোঙ তেকপা য়াই। ঈশিংদা লুপ্তনা শিবা য়াই, মৈনা পোকপা য়াই। শম্না হায়রবদা মিকুপ খুদিং, ঐখোয়দা- কল্লিগুম্বা পামদবা থোদোক অমা থোকপা য়াবনি। ঐখোয়না হিংলিবনি হায়হনা হিংলিবসিমক নিয়মসিনা মুক্ষম ওইবনি, নিয়মসিগী মথাদা ঐখোয় লৈ। ঐখোয়গী হকচাংদা অমম্লুং personality দা ওমথৈ নাইবা মওং অমা য়াওরি। মকম পুম্নমক্তা শিন-থুংনা লৈরবা নিয়মশিংগী মথাদা ঐখোয়গী লাইবকাস ( Fate ) লৈবনি। ঐখোয়গী জ্ঞান ইন্দ্রি নত্রগা হকচাংগী ( physical ) রাংমদা ঐখোয়না থাখল থন্না ওমদে। পায়বা-শোকপা য়াবা পোংকী রাংমদা (Super physical) লৈরগী ময়মদা ঐখোয়না থল্লুবা ( visualise ) ওমদে। ঐখোয়না আকাশ ( অহাঙবা ) অমম্লুং মতমগী নত্রগা অশি-সিগী মরি লৈনবদা লাকপা মরম নত্তবদা কল্লিগুম্বা অমও থঙদে। ঐখোয়না হিংলিবনি হায়রিবা ( organic personality ) অসিগী রাংমদা লৈবা কল্লিগুম্বা অমত্তং—মাগী অশেংবা মশাক্তু থঙলুবা ওমদে। ঐখোয় ওমথৈ নায়বনি, পুন্দুনা থম্বনি, মায়কৈ পুম্নমক্ত ওমথৈ নায়।

মথক্তা নৈমত্রিবা অসিগী মতুং ইম্না ঐখোয়না পোকপা শিংগী মরমশু থন্না নৈনসি। য়াম্না অঙকপা, খঙবগী য়াংমদা লৈবা মওংদা থবক তৌবা আইন থন্না পোকপা-শিবা (trans-migration) হায়না খঙনবা নিয়ম অসিনা ঐখোয়বু পুন্দুনা থমই। কনাগুম্বা শিনীংবা মী য়াওব্রা?'— য়াহংসিদা ঐখোয়না কল্পিমত্তা হায়বা য়াদে, ভমদে। অদুবু মোংমা নত্রগা মোংমদি ঐখোয় শোয়দনা শিগনি। কল্পিগী ঐখোয় শিগদৌরিবনো? ঐখোয় শোয়দনা শিগদৌবনি হায়বসি কনানা হায়বগে? কনা অমত্তনা খঙদে। কনাগুম্বা অমা পোক্লে হায়না খল্লো, মতু মওনা পোকপা পামদুনা পোক্লকপনি হায়বা য়াব্রা? ঐখোয়না খঙদবা নিয়ম থন্না ঐখোয়বু তৌহল্লি। ঐখোয়না থেংনরিবা থৌদোক (experience) পুম্নমসি ঐখোয়গী য়াংমদা লৈবা নিয়ম থন্না পুন্দুনা থম্লি। মিকুপ খরগী মতুংদা নত্রগা হয়েংদি ঐখোয়দা কল্পি থোক্কদগে কনা অমত্তনা খঙদে। মুম্না খল্লবদি ঐখোয়সি কল্পিমত্তা খঙদবা, য়েংখিবা মায়কৈদা ইকায় খঙদবা শকখমদা ওইবা, হায়নীংঙাই লৈতনা পঙবা, ঐখোয়না কল্পিমত্তা খঙদবা আইনগী মথাদা লৈবা পঙত্রবা ঐখোয়নি।

## পঞ্চাগ্নি বিদ্যা (তাকপা)

উপনিষদকী গুরুশিংনা য়াম্না চেংনা, লুম্না, অথুব্না অমা ওইনা থম্মা, সাধনানা মুক্কম ওইবা, মথক্কী অরাবসি কোক্লনবা পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়বসি লম্বী মথন অমনি। ঐখোয়না ব্যাখ্যা

ভৌবা—তারব কাওযদম্ব মসি মুমা থঙবা ওয়োই। মরমদি নিংথৌসিনা তাক্লকদৌরিবসি হেক তাকপা প্রকৃতিগী আইনগী রাংমদা ঐখোয় লৈরগনি হায়বা নত্তে। মরমদি মসি মী মী অচুগী মশা মশাগী লমচৎ-শাকৎ অমম্তুং রাখল অহুদা পুন্দুনা লৈবনি। ঐখোয়দদি মসি ফিজিক্সগী বিজ্ঞানিক অমনা মরিওবা Dimension অমনা লৈ হায়বগুম্বনি। ঐখোয়না মশীং নাইদনা মসি লৈ হায়বা তাবা য়াই। ভৌইগুম্বম্তুং কংগুম্বা মতমদা মচুদা লৈরুবা ওয়্রোইদৌবনি। পঞ্চাগ্নি বিদ্যাস্থ অচুম্না থোক্কনি, নৈনরকদৌরিবা বৈশ্বানর বিদ্যাস্থ অচুম্না থোক্কনি। বিদ্যা অনিসি লৈ হায়বদমক থঙবা অমম্তুং নৈনৈ ( exposition ) হায়বদ থোকপা মওংদা লৈগদৌরিবনি।

উপনিষদতদি জ্ঞানগা জীবনা হিংবা হায়বসিগা অমঙ্কনি ( to the upanishads-knowledge is the same as being ) মখোয়দদি মসি তঙনা হোৎনবা শাক্তেলনি, শাক্তনি। ঐনা হিংবদা (ইশা-ইশানা হিংবদা) চুম্নে হায়না খন্দুনা চৎলিবা, ফংলক্লিবা লৌশিংচু — মীচুগী অশেংবা জ্ঞানি, মচুনা মশাবু কনাবো তাকপদা নত্তনা মচুনা পুম্নমক্কীদা ওইবা মওংদস্থ লাকই ( comprehensive )। মচুনা কনাগুম্বা অমত্তবু থায়দোক্তে, পুম্নমক্কী অপুম্বা মওংদা চথরকই। ইশাগা ময়ামগা অমত্তা ওইবা মওংদা চথরকপনি। মরম অসিনা মসি লাইরিক্ত য়াওবা খিওরি অমত্তুম্না লৈ। অচুম ওইনমক পঞ্চাগ্নি বিদ্যাসি গুরু অমনা মাগী শিষ্যশিংদা তাকপগুম্না মসিগী জ্ঞানদি ব্রাহ্মণশিংচুদা তাকখি

ঐনা হায়খিবহুনি— বিদ্যা হায়বদি করিগুম্বা থৌদোক অমগী মনুংদা লৈরিবা জ্ঞান-বিজ্ঞান্দু মুখ্য মনুংথিংনা থঙবহ বিদ্যানি। হৌজিক থোক্লিবা মওংদি করিনো? উপনিষদনা ঐখোয়দা লমজীংবিরিবা, তাকপীরিবসি— জীবনা 'পোকপা' হায়বা মওংদা মকম থঙদবা লমদগী কুমথরকপা অমম্বুং 'শিবনি' —হায়নবা মওংদা অমুক কাখৎখিবা* —অসিগী, থোক্লিবা মনুংগী জ্ঞান ঐখোয়দা লমজীংবি। থোক্লিবা থৌদোকসি ঐখোয় পুন্নমক্তা থোকক্ষম থোকপনি হায়দুনা— হেক থন্দুনা লৈথোকপদা ঐখোয়বু মসিনা পুন্দুনা থম্লে। ঐখোয়না খঙই— মতুদি মীসি "পোক্লকই অমম্বুং শি।" ঐখোয়না উবিবসি মসিগী জ্ঞান— অসি ক্যাওবতনি। ঐখোয়মা "পোকপা শিবা" অমম্বুং হিংলিজৈগী মতমদা থেংনখিবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াদগী ফংলকপা লৌশিং— ঐখোয় ঐখোয়না তৌজখিবা— থবক্কী মহৈনি হায়বহু খরমথৈদি খঙরম্বু য়াই। ঐখোয়না অকবা থবক তৌরগা নুংঙাইবা মওং (জ্ঞান) ফংই, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা, নুংঙাইতবা ফংই। মসি ক্যাওবগী লৌশিংদি ঐখোয়না নৈনহুনা, তাবনচিংবা তৌহ্নবা খঙবা ঙমই। তৌইগুম্বম্বুং পোকপা শিবদগী লাম্থোক্লবদি— মসিগী জ্ঞান্দগী নত্তে।

মকম অসিদা হায়রিবা পঞ্চাগ্নি (মৈ মঙা) হায়রিবসি পায়বা, শোকপা য়াবগী মওংদা (physical sense)—থাঙ্গেশেংবা মৈসি নত্তে। মখোয়সি 'সাধনা-ধ্যান' তৌনবা লৌশিংনি

(* পোকপা শিববু — কুমথরকপা অমম্বুং কাখৎপা হায়জরে)

(i) যজ্ঞ = Sacrifice.

(Technigue) নি। মখুম অসিদা 'মৈ' কায়রিবসি— কনাগুম্বনা মশাগী "ওইজবা কাম্নবনি" হায়বা থাদোক্লুবা সাধনা তৌবা অতুগী থুদম্নি। ঐখোয় ময়ায়া খণ্ডনম্বিবা 'বেদগী যজ্ঞ' অসিগী করি খেন্নহুনা— 'ঋসিগী যজ্ঞসি'— মীৎনা উনা কয়া তৌগদৌরিবনো ?

ঐখোয়না খণ্ডনম্বিরবসি— অহায়না যজ্ঞ তৌকম মকম অমা লেপ্লে। মথংদা যজ্ঞগী মৈদা হোম পীননবগী মুক্কম অমা শেম্নে (alter)। মৈম্বিখোক্লা কজনা চাক্লবা শেংলবা মৈহুদা, ইশাগী ওইজবা থাদোকপগী থুদম ওইনা মৈহুদা পোৎশিং ঐখোয়না হোম তৌই। শেংলবা যজ্ঞগী এটমোস্ফিয়ার অতুদা, যজ্ঞগী মৈতু মকা কন্না চাক্লি। মৈতুদা শেংলবা পোৎ কয়া কংলে (Sacroment) যজ্ঞতু কংচরিবা মীতুনা মাগী র,খলদা— মানা নীংজবা, পামজবা রাখল মওং শন্না থল্লি, মতুগী ভাবতু মন্ত্র থিরিবতুনা হোম পীরিবা মীতুদা থংহল্লি অমম্পুং ভাবতু পুই।

যজ্ঞ অমা তৌবদা, হোম পীবদা—পান্নিবা, থিরিবা মন্ত্রতু যজ্ঞ কংচম্বিবা মীতুগী মপুক্লীংদা নীংজবা পামজবতু র হৈনা কোঙদোকপনি, যজ্ঞ তৌম্বিবসিগী মওংদি, মন্নুংগী ভাবতি অসিনি। কংলিবা হোমতু লাই থরদা পী, তৌম্বিবতু স্বর্গগী অককুবা লাইরেম্বী-লাইরেম্বা অমা কৌবনি। মতাং অসিদা উপনিষদনা ঐখোয়দা তাকপীবা পান্নিবসি, তাকপীরিবনি,— 'জগৎ পুরুমকসি যজ্ঞগী কুণ্ডনি, ঐখোয়না তৌ'রবা 'থবক পুরুমক

চথরকপনি, পোকপা-শিবা আসিনচিংবা অমসুং পেংবিরিবা তোঙানবনি হায়নিরবা থৌদোক কয়াসিনু তোঙান্না থাইদোকপা য়াবা থৌদোক অমসুং জ্ঞান (Isolated factor and experience ) অমত্তা নত্তে। মসি অহোংবদগী অরোইবা কাওবা মথং মথং চথরকপা নিয়মনি। অরোইবা য়ুক্ষমদদি তোঙান্না তাবা অমত্তা য়াদে, অমগা অমগা লোয়নমক মরি লৈনৈ। মসিনা উবা-উদবা থায়দনা প্রকৃতিগী থোক্লিবা থৌদোক কয়াসিগী মথুংদা লৈরম্বিবা থদংপা য়াত্রবা মহৌশাগী ওইবা শয়রিবা মরিদু — থঙবা ঙম্বা সাধনা তৌরবদি অমসুং থঙলবদি — নিয়ম অসিনা ঐখোয়বু পুম্বা ঙমদে, ইবাং তম্মী।

সৃষ্টিগী লৈশেম অসিদা— মথল কয়াগী থাক লৈরি। সাধনা মথল অমগীদমক ঐখোয়না থোইদোকপা অকক্কবা লৈশেম ( manifestation ) অমগী মচুদা থরি। লৌকিক ঐখোয়না অকক্কবা থমগদোরিবা মাঙদা তাররিবা, মাহংনি— 'তোঙান তোঙানবা মীয়ামসি কদায়দগী পোক্লিবনো, অমাং অমা পোকপা হায়বসি করম্না ওইরকইবনো ?' ঐখোয়গী অসুবী মতিক পঙই— মহুদি অঙাংসি মমাগী অঙাং শায়রকপী পোকপনি হায়বসি নত্তনা ঐখোয়না কুবিনবা পুম্বা লৈতে। "অঙাং অমা-পোক্লে" — অসি হায়বগী জ্ঞাননি ঐখোয়না তৈদুনি। মসিদি থাইদগী ছুবা জানি। অঙাংসি মমাগী থাইদগী পিরাংদোনা ইদোকপা নত্তে। সৃষ্টি অসিগী অপুনবা নিয়ম (organic process ) মথাদ চথরকপা থৌদোক্নি। অঙাং অমগী পুন্সিগী

থোরকদোৌবা নিয়ম-থৌদোক ময়ামছু শেম্বদা, জগৎকী স্মৃষ্টিগী ওকিস পুম্নমক চঙই।

পাক-চাউশ্রবা পৃথিবিসিগী কোচিন-কোয়া অমদা লৈবা য়ুম অমদা অঙাং অমা পোকপদা জগৎ পুম্নমকসি ভাইব্রেসন (ঈথক) হোই। ঐখোয়না হৌজিক পণ্ডবদগী, খঙদবদগী ইচম-চম্না হায়নরিবা—'মাগী মচা অমা পোক্লে' হায়বসি য়ুম অহুগী মত্রগা ময়ী লৈনবা কাণ্ডবুঙ্গুগীদ ভোঙাম্না থোকপা থৌদোক মন্তে। অঙাং অমচু পোকপা অমস্মুং মশক উবা হায়বসি জগৎ পুম্নমকী ওইবা অপুন্‌বা নিয়ম (cosmic laws) শীজিন্নরকপনি। মরম অসিনা মুন্না খল্লগদি অঙাং অমা পোকপা হায়বসি মমা-মপা অনিহুদন। নত্তে; করিগুম্বা কাচিন-কোয়া অমদা অঙাং অমা পোকপদা জগৎ পুম্নমকী নিয়ম-শক্তি শীজিন্নে। মরম অসিনা শীকপ্রবা অঙাং অহুগী অশেঙবা মমা-মপাদি প্রকৃতিসিনি।

পোক্লিবহু মী ওইবা য়াই, মীদগী হন্থবা (sub-human being) ওইবা য়াই নত্রগা লাইগুম্বা মী ওইবা য়াই। পোক্লিবা অহুগী মওং-মচং অহু ওইনৌংবা অমা ওইজমছু, থরায় পান্দবন্থু ওইসনু, এটোম নত্রগা ইলেকট্রোনস্থু ওইসনু, নত্রগা মোলেকুল অমগী মচাক ওইসন্থু— মহুবু অমা পোক্লে হায়না লৌবনি অমস্মুং পোক্লক্লিবহু থোয়ক্লবগী শক্তিহু— সৌরজগৎ পুম্নমকী শক্তিহু শীজিন্নয়দা ওইবা য়াবনি। স্মৃষ্টিগী লৈম্নিবা পুম্নমকসিনা— ইশানি, জগৎ অসিনা ইমানি। ঐখোয়গী অশেংবা ইপা-ইমাদি জগৎ পুম্নসিনি। মহুনা মরম্নি, ঈশিং মরিক অমা কাওবা অহোবা

অমদা নিকথোক্নবা ভাখিবদ—মখী লৈনবা কয়ানা, থোদোক কয়ানা—জগৎ পুম্নমক্কী ওইবা মখী অচুম্বা শয়ত্না লৈ, থাদোক্নবা, ককথৎপা ঙমকয়া য়াদে।

উপনিষদনা জগত্তা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী থাদোক্নবা য়াম্নবা অমগা অমগগী মরীসি ( cosmic interconnection ), ঐখোয়গী জ্ঞান ইন্দ্রিয়শিং অমম্তুং য়াথপনা লাপ্না কংদবা—য়াংমদা লৈবা—লৈনরিবা মরীসি ঐখোয়দা তাক্লি। পৃথিবী অসিদা ঐগী লময়াই ভৌজবনি হায়বা করিমত্তা লৈতে। "ঐগী ইচানি, মঙগী নচানি"—হায়বসিসু (cosmic) জ্ঞানদদি লৈতে। মসিগী অথুপ্পসি খঙলবদি কনা অমত্তনা—'মসি ঐগী ইচানিপানি, মসিনা ইচানুপীনি'—হায়বসি হায়রোই। 'মসি মঙগীসু নত্তে, মাগীসু নত্তে, কনা অমগীসু নত্তে'—মসি মাগী হৌয়কখম অহুমনি।

অহুদি—'মহাক কদায়দগী লাকই? মহাক জগৎ খুদিংদগী লাকপনি, cell—হায়বসি কুপথ্রবা জীবগী হৌকখ বিজ্ঞানিকী লোলনি। ঐখোয়না থাজনরিবা মমা-মপা অনিগী লৈথিমবদগী থোকপনি হায়বসি নত্তে।' প্রকৃতিগী খ্বাইদগী হেন্না কুপ্নবা—মতাংলগী মশক ওইবা, পোৎ খুদিংদা য়াওবা ভগবানগী শক্তিদগী থোয়কপনি। মরম অসিদগী ( ঋষিশিংনা ) ব্রহ্মাণ্ডসি পিণ্ডদদা লৈ ( macrocosm is in the microcosm ) প্রকৃতিগী সৃষ্টিগী মতম পুম্নমক্ক শিণ্ড্না লৈরবা মতাংলগী ঈথক য়োৎবনি অমম্তুং মচু শীকথ্রবা অতাং অহুদা তাবনি। মরম অসিনা অতাং অসি জগৎকী মচানি, য়োকপনু মানা য়োকপনি। মাগী মখি তাবা মতমদা হিংবনি, শোয়দনা অমুক লৌথোকখিগদৌবনি। কুম্নগী

মমৈদা থঙবা য়াবা, অউবা মশক্ত ওইরকই। মসি অনাৰ-শুম্বনি। ঐখোয়না নাবসি থঙহৌদনা নাবা অমত্ত নত্তে। অহান্নদা হকচাং মনুংদা হৌবনি। জগৎকী থূপপ্রবা, থঙবা ঙমদবা কাচিন অমদা থোদোকশিংসি থোকপা হৌই। মসিনা মথং মথং কুমথরক্কুনা ঐখোয়না মমৈদা অউবা মওংদা ওইরকই।

ঐখোয়না ইচম চম্বনি হায়না থন্না থোদোক অমা থোকপদা—হৌনশান্নি: মশাদা শোকপনি, মঙোন্দা থোকচবনি, সমাজগীদি অউবনি, শোকপা য়াবনি-য়াদবনি—অসিনচিংবা অকক্নব থোদোক-শিংসি—মিৎনা উবা ফংদবা, অপূক্পা অমা মনুংদা লৈবমক্কনি। করিগুম্বা অমত্ত 'লম্নাইগী ওইবা য়াদে, নত্তে।' পঞ্চাগ্নি বিদ্যাদ থিন্দুনা তাক্লিবসি মরু ওইবা পোইন্ট অসিনি, রাথল মওং অসিনি।

অঙাং অমা পোকপসি পৃথিবী অসিদগী হৌরগা পোকপা নত্তে। মসি অকান্নদা থাইদগী হেন্না বাংথ্রবা থাক্তগী হৌরকপনি। অহান্নদা—ঐখোয়না থঙদবা লমদমদা—মরু হুন্ননি, মসিনা মথং মথং কুমথরক্কুনা—পোকপা-শিবা—হায়নবা ('mental world), মিৎনা উবা ফংবা থাকসি য়ৌরকপদা ঐখোয়না —'অঙাং অমা পোক্লে' হায়নবনি। মতম অদুদা ঐখোয়না হায়নৈ—"শক্লাইদবা অমা থোরক্লে, মাগী মচা অমা পোক্লে"। অসুম্না মথং মথং চথরকই। তৌইগুম্বগুং থোরকইবা 'কলা-গুম্বসি—আকাশতগী তারকপা নত্তে। তৌইগুম্বগুং মনুংদা থোক্লিবা মওংদি—য়াম্না লুব্রবা, চক্লি থাংবা, থঙবদা বান্নবা থৌরম কয়া থোক্লগা ওইরকপনি, চুম্নগী মীগী মিৎমেংদগীদি

য়াংমদা লৈ। মথক্তা হায়জরিবসি—মীওইবগীদা নত্তে, মীদ পান্দুনা হায়বতনি, পৃথিবীসিদ—'পোকপা-শিবা'—হায়দুনা ওইরিবা পুম্নমক্কী য়ানি।

পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়বসি—ইচম চম্না অর্থাৎ অমনা মমাগী থাওদগী, অউবা মওংদা পোক্লক্লিবসিদগী য়া নত্তে। মসি প্রকৃতিদা থোক্লিবা—'পোকপা-শিবা' হায়বা থোদোক পুম্নমকপু অপুন্না ওইনা হায়বনি। অমত্তং পোকপদা প্রকৃতিগী শক্তি পুম্নমক অপুন্না ওইনা শীজিন্নবনি, মতুংদা পায়বা-শোকপা য়াবা অউবা মওংদা ওইরকই।

নিংথৌ জৈবলি প্রবাহনা গৌতম ঋষিদা পঞ্চাগ্নি বিদ্যা তাক্লুনবা দিক্কা পীরগা তাকপা হৌরক্লে:—

হে! গৌতম! ঐখোয়না উরিবা জগৎসি—অশেংবদি মৈকমজম্বনি, মৈনি। মকম অসিদা সুমিৎনা শীংনি, মচাকলনা মৈখুনি, অয়ুক-নুংথিলনা (Day) মৈমিনি, থা-না মৈতালনি, থরাম্মিচাক্লা মৈমিক্লি। মৈকম অসিদা লাইশিংনা শ্রদ্ধাবা হোম পী। মসিগী হোম অসিদগী—সোমরাজ হৌগৎলকই।

স্বর্গদা (celestial region) তৌরিবা থবকসি যজ্ঞ অমগা প্রমাণ তৌবা য়াই। থম্মূদবা ইচম-চম্বা মী অমদদি উপনিষদনা পুম্নমকসিন্নু যজ্ঞ অমগা প্রমাণ তৌরিবসি করিগীনো হায়না ওকপা য়াই। যজ্ঞ্নু হিংবসিগা (Life) চাংদম্নদুনা প্রমাণ পীনম্নি-বসিগী (analogy) মরমদি 'হিংবা' হায়বসি অমগী মক্লগা

থবুগী ওইজবা পুমথা থাজোক্লগদা ওইবনি, তোম পীবগা চপ মান্নে। অমগী 'মাঙবা' কৌবা মওংদু ওইবগা অমা 'হিংবা' হায়বদু ওই। পোক্লবদি শিবা তাই, শিবরদি পোকপা তাই। ভগবানগী শেম্লিবা লৈশেম মওংগা—লোইনমক কথোকপা যজ্ঞগী নিয়মগা অমত্তনি। মসিদগী হেন্না প্রমাণ চাবা পীনিংঙাই লৈতে। লৈশেমগী (creation) গী নিয়মসি যজ্ঞগী নিয়ম মওংগা অমত্তনি। সমাজগী অউবা মওংদা ( Physical ) নক্ষত্রগা উদবা মওংদা 'শেমগৎপা' হেক হায়বদা— মথক্কী নিয়মসিদা শোয়দনা যুম্ফম ওই। 'ওইজবা থাদোকপা'—হায়বসি ভগবানগী সৃষ্টিগী যুম্ফম খঙবনি। "যজ্ঞ তৌবগী য়ুম্ফমসি"—পুম্নমকপু খোমজিনবগী রাথল—যুম্ফম লৈ। যজ্ঞ অমগী শরুক পুম্নমকসি—চপ মান্নবা মরু অহুম ওই, শরুক পুম্নমক অথঙবা-অউবগী রাংমদা লৈবা ভগবানগী নিয়মগা মরী লৈনৈ। মসি অমরোমদা চাউরবা ফেক্টরী অমগী মেচিনগা প্রমাণ তৌবা য়াই।

মেচিন অমগী শরুক পুম্নমক্কু মশাগী কান্নবা থবক তৌবা নত্তে। মখোয়গী রাংমদা লৈবা মরম অমগীদমক্তনি। মীওইবগী হকচাংদা য়াওরিবা থুং-খোঙনচিংবসিদা য়েংবীয়ু। হকচাংগী শরুক অমত্তা মশাগী কান্নবা তৌদে, শরুক খুদিংমক মাগী মাগী মথৌ অমমম লৈ। মেচিনগী মথৌদি পোং খোকহন্ননি, হকচাং-গীনা 'অনীংবা মথৌ' অমা লৈ। যজ্ঞগীমু শরুক খুদিংমক মাগী মথৌ অমমম লৈ অমস্তুং থোইদোক হেন্দোক্না 'ওইজবা থাদোকপসিনা' জগৎকী ফননবদা, শেমগৎ-শাগৎপগী নিয়মদ

( creative process ) শীজিন্নবগী মওংনি। অহিংবা পুম্নমকশিং অমগা অমগা মন্নী লৈতে। পুম্নমক মরুওইবনি, কপাক্পা কপাদগী হেন্না মরুওইবা নত্তে।

মেচিনগী করিগুম্বা শরুক অমত্তনা মশা-মশাগী ওইনা থবক তৌদে, শরুক খুদিংমক্কী অহেন্বা মথৌ অমা লৈ। মীওইবগী খুৎ-শা-নচিংবা হকচাংদা য়েংউ। হকচাংগী করিগুম্বা শরুক অমত্তনা মশাগীদমক থবক তৌদে, মশাগী ৱাংমগী কান্নবা অমমম্ লৈ। মেচিনগীনা পোৎ য়াম্না থোকহন্বনি, মীগীনা—ৱাখল খন্না ঙম্নবনি। অশুম তৌহনা যজ্ঞগী শরুকশিংহুম্—অহুমতাই, যজ্ঞহুম্না জগৎকী লৈশেমগী ( creative process ) ভাবতা খল্লগদি চপ মান্নে। অহিংবা জীবগুম্বা মশাগী শরুক পুম্নমক থাদোক্লবা য়াদবগুম্বা জগৎ লৈরিবা পুম্নমকসি অমগা অমগা মন্নী লৈতে, থাদোক্লবা য়াদে, লোইননমক মরুওইবমক্তনি।

## অমত্তা ওইবা থাইদোকপা য়াদ্রবা জ্ঞান

## ( Concept of comprehensiveness )

"জগৎ পুম্নমকসিনা মপুম অমা ওইবনি—অমা কাওবা থাইদোকপা য়াদে—হায়বসি পঞ্চাগ্নি বিদ্যাগী যুক্তিনি। যজ্ঞ অমগী অমগা অমগা লৈনম্লিবা মন্নীসি হেক খল্লবদা—ধ্যানগী যুক্তম কায়রে, মাঙত্রে। অশেংবা মওংদি ধ্যান হায়বসি—হকচাংগী তোঙান-তোঙাম্বা ইন্দ্রিয়শিংগী থবক—অমত্ত ওইবা ৱাখলদা পুশিল্লকপা লাক্লবনি। মপাবগী মজ্জ অমা তৌবদা

শক্লক অমগী অমগা মন্নী লৈনবা খাদোক্লবা য়াদবগুম্না—ধ্যান তৌবসিদা ঐখোয়গী য়াখলসি 'পোইন্ট' অমক্তদা পুশিল্লক্লবা হোংনবনি। পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়বসি ধ্যান মখল অমনি, মপানগী মতুংগুম্না নত্তে। অউবগী য়াংমদা লৈবা সৃষ্টিগী অশেংবা মশক্ত খঙনবা মনুংগী ওইবা য়াখলগী মতুংনি।

করিগুম্বা থৌশিল ( activity ) অমা নত্রগা থৌদোক অমা থোক্লনবগী ঈথক ( vibration ) অসি উনরিবা সংসার অসিদতা থোকপা নত্তে, অরাংবা থাক্তী লমদম অমদা হায়া থোকপনি। থোকহল্লিবা থৌদোক অতুগী মহৈহু তায়ক্লবা অহান্নগী হৌফম মরম অতুদা কন্না নৈবা ( churn ) তাই। হৌখিক থোকহল্লিবা হৌফম মরম অতুম্—মরম ( Factor ) অমক্তদগী ওইবা নত্তে। থৌদোক অতুগী মরমতু লেপ্পনবা লাক্লরকপদা মরী লৈনবা মরী কয়ানা ( Chain of Reaction ) ওইরমই। ঐখোয়না—নৈমন্নিবসিগী খুদোং চাননবগীদমক্ত—'ক' হায়বসি মুক্তি মওং নাইবা ( physical ) সংসার অসিদা ফংবা অউবা মহৈনি হায়না খল্লো। মাগী থোরককমদি 'খ' নি। তৌইগুম্বন্নুং 'ক' গী হৌরককম ওইবা 'খ' সি—মাগী হৌরকফম অমা অমুক লৈরি। মহুবু 'গ' নি হায়না লৌরো। 'খ' সি 'গ' দগী থোরকপনি হায়বদ কায়দে। তৌইগুম্বন্নুং 'গ' গী হৌরককম—'ঘ' হায়বা অমা অমুক লৈরি। অন্নুম তৌহুনা—পায়বা-শোক্পা য়াবা, অউবা মওংদা ওইন্নিবা পোংশিংসি— অহান্না হৌফম 'মরম' অতুনা অশেংবা হৌরককম ওইফম থোকই। অন্নুম তৌহুনা মথং মথং

লাক্লগা, কুমথয়ক্লগা মতম অমস্তুং অহাঙবা ( time & space ) যৌথকপনি। "অহাঙবা অমস্তুং মতম অসিদা কোঙদোক্লবা মতুংদনি — ঐখোয়না" উখিবা—পায়বা, শোকপা য়াখিবা অমস্তুং খঙনখিবা পুম্নমকসি—মতম অমস্তুং অহাঙবা ( time & space ) য়াক্ত যৌথক্লবা মতাংদদনি।

ঐখোয়না উখিবা— পায়বা-শোকপা য়াখিবা পোৎ খুদিংমকসি, শম্নক্লবদগী নত্রগা উক্লবদগী থোকপা মহেতু লাম্না খন্না য়াই, শম্না খম্নবদ প্রকৃতিগী থৌদোক্না ঐখোয়বু পেলহন্না, সুংঙাইহন্না য়াই মত্রগা সুংঙাইতবা ফংবা য়াই। কবি কবিগুরুনা মতমদা ঐখোয়না হায়নি—'নোংসি শাথিনা, মকম খঙদনা তাম্নে, অকিবা ফংলে', 'লাবনা খাঙকম খঙদ্রে, অঙকপা ফংবা শাম্নে' নোংলৈ-সুংশিং কম্না শিংখ্রে— "অকিবা ফংলে।" ঐখোয়না পাম্না পামদবা হায়বসি ঐখোয় অমমমদা থোকচবা থিএক্লসি, প্রকৃতিগী ওইবা, মীচঙ-মীখাই নাইদবা থৌদোকশিংদদি ঐখোয়গী সুংঙাইবা সুংঙাইতবা অহুগী য়াফম করিমত্তা লৈবা নত্তে, মথৌ অমা তৌজবদনি।

সংসারগী অসিদা থোকপা থৌদোক মচা অমবু, খন্না শন্দোক্না তাক্লনখীদমক য়াংথ্রবা স্বর্গদগী থোরকপনি অমস্তুং পীকথ্রবা থৌদোক মচা অমা কাওবা—'য়াংথ্রবা, হায়কম খঙদবা, অউবগী য়াংমদা লৈবা—অহুব অহল-লমনশিংবা—'আ-স্বর্গ'—হায়মবা মফমদগী থোরকপনি হায়বসি, উপনিষদ্না তাকপনি। 'আ-স্বর্গ'— হায়খিবসিগী য়াংমদা— মীয়োলদা অমুক হায়বা তাম্নগদি—

হিগোচলোকধাম্'—হায়না হায়বৈ; মসি সূক্ষ্ম দেহগী (শিক্ষা জীবগী মওং) লৈকমদগীসু য়াংবদা লৈবনি। ঐখোয়গীসিদা থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমকসি—মকুম অহুনা হৌয়কফম্নি। মসিনি উনিষদনা ঐখোয়দা তাকপীরিবসি।

ঐখোয়না হৌজিক খরমথৈ খঙনরে—মহুদি হৌজিক পৃথিবী অসিদা থোক্লিবা প্রকৃতিগী ওইবা থৌদোক পুম্নমকসি—চাউরাক্লা আকাশতা লাক্লিবা, ঐখোয়না উব্রিবা নুমিৎ অসিনা কন্ট্রোল তৌহনা লৈ। মসিদা থোইদোক্ল শক্তোক্লা হায়নীংঙাই লৈর্তেন কয়িগুম্বা মতমদা ঐখোয়না—'হিংবনি'—হায়দুনা, লৈরিবসি ফাওবা থোক্লিবা নুমিৎ অসিনা চাং নাইহন্নগুম তৌই। ঐখোয়না হিংলিবা অমসুং মোম-লিক্লিবা পুম্নমকসিগী—হৌয়কফম অমা লৈ, নুমিৎ অসিনা পৃথিবীসিদ—ঐখোয়না হিংবা ওম্বগী মরম ওই। তৌইগুম্বসুং নুমিৎকী হৌয়কফমদি—কদায়দগীনো? মাগী হৌয়কফম মরমসু লৈবা তাই, লৈফম থোকই। মহুবু ঐখোয়না 'এস্ট্রোনোমী' অসিনচিংবা মমিং কয়া থোক্লি। থোক্লীংবা থোনসনু—নুমিৎসি ওইব্রকবগী—মাগী মথক্তা মরম খরদি লৈবা তাই, লৈফম থোকই।

'এস্ট্রোনোমার-শিংনা হায়—নুমিৎসি Nebular Dust' তগী থোরকপনি। মহুবু ঐখোয়না নিংথৌ-তুরেল (Milky-way) হায়না খঙনরে। মসিদা অঙকপা ফংনা শাথবা নুংহুম, মতুম কয়া লৈরুনা, শাইহুনা লৈ হায়রি। মসি ঐখোয়গী রাশকপগী রাংমরলি তৌইগুম্বসুং কয়ি মরমগী 'নুংহুমশিংসি লৈরিবনো,

পাইথিরবো, কদায়দগী লাকপবো'— হংবা তায়বদি ঐখোয়গী রাখলগী রাংমদ হেক্তা লাকই। তৌইগুম্বসু মরমদি লৈক্ম থোকই। উত্তুলশিংসি কুংশল্লকুনা, নওশীল্লকুনা নুমিৎ, থবান-মিচাক কয়া ওইরক্লিবসিগী—মরম্মা করিনো? মসিদগী ঐখোয়না অইবা ঈথক ( vibration ) অমদি লৈবা তাই হায়বসিদি থক্তলে। ঈথক অসিনা ঐখোয়মা উরিবা পৃথিবীসিদা লৈরিবা—পাম্বা, লোকপা য়াবা পোংশিংগী মমাঙদ — লৈবনি হায়বসি শোয়ত্রবা লেঙত্রবা রাকম্নি। মসিগী মমাঙদা 'মরম্' অমসু অমুক লৈক্ম থোকই। অমুকসু অমসু অমুক লৈবা তাই,—লোইবা লৈতে—রাখলগী রাংমনি হায়বসিদা লোইবা তাবনি। তৌইগুম্বসু ঐখোয় পুম্নমক, পাম্বা-লোকপা য়াবা পোংশিং, নুমিৎনথা, থবান্মিচাকচিংবা অউবা পোংশিংসিগী হৌরকফম থিরগদি—উবা, তাবনচিংবা, রাখলগী রাংমনি। অসুম্না থন্না রাখল মওংসিনি পঞ্চাগ্নি বিদ্যাগী Text তাক্লিবৈদা প্রবাহন জৈবলিনা গোতমদা থলহন্না পাম্লিবসি।

অসুম তৌহনা—ভগবানগী লমদগী (Celestial Region) মথং মথং কুমথরকপসিদা—যজ্ঞ অমা ( sacrifice ) ওইনা সাধনা—ধ্যান তৌরকপদা মাগী মশা-মরেং অমসুং শরুক কয়া লৈরি। জগৎকী যজ্ঞগী হোম পীরিবা কুণ্ডদি — ঐখোয়না গোলোকধাম (Celestial Region) হায়নরিবা মফমনি। অসুম্না সাধনাসি তৌগদৌবনি। যজ্ঞ অসিদা হৌরিবা মৈদি—অমসুং মৈরি থোকহল্লিবা শীংদি নুমিৎনি, নুমিৎনা কাথংলকপা

অমম্নুং মঙাল ফাইদোরকপসিবু যজ্ঞ কুণ্ডগী মৈদগী মৈখু কারকপগা প্রমাণ তৌই। অমুক-নুংথিলদা নুংশা মঙাল ফাল্লকপবু যজ্ঞগী মৈতালগা প্রমাণ তৌই। অরাবা মৈতালবুনা থাগা প্রমাণ তৌই, মরুমদি থা-শি নুমিৎ তাপ্রবা মতুংদদা থোকপনি। আকাশতা চাইহুনা লৈরিবা থরাম্মিচাকসি যজ্ঞ কুণ্ডদগী থোরকপা মৈরিক প্রমাণ তৌই। অম্নুম তৌহুনা জগৎ অসিগী অরাংবা থাক্তী লম পুম্নমকপু (মকম খণ্ডরবা লম পুম্নমকপু) যজ্ঞগী মওংদা সাধনা তৌই।

গুকপ্রবা মরী লৈনবা অমা মকম অসিদা হায়রে। অরাংবা মকমগী লমশিংহুগা—পৃথিবীসিদা লৈরিবা ঐখোয়না—লৈনরিবা মরীসি করিনো ? থাঙ্গেশেংবদি অরাংবা লমসিগা ঐখোয়গা মরী লৈনদবা নত্তে। নুমিৎ-থানা ফাল্লিবা, থরাম্মিচাক্না কুফেৎ-কাফেৎ ফাল্লিবা, নুংশিৎ শিংলিবা পুম্নমকসি, অসিদ নত্তনা প্রকৃতিগী হেক থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমকসি—ঐখোয়না হিংলি-বনি হায়হুনা হিংলিবসিগা গুকথা-থাদোক্লবা য়াদবা মওংদা মরী লৈনৈ। করিগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদনা—শোয়হুনা—করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপা নত্তে। ঐখোয়গী পুন্সিগা মপান্দা থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমক্তা—শোয়দনা অমগা অমগা মরী লৈনৈ। ঐখোয়না হিংলিবা মওং অসিগা—মপানগী লেঙলি-পাল্লিবসিগা (activity) মরী লৈনবগুম্না—মপানগী থৌশিল ময়ামসিগী মপান্না ঐখোয় হিংবা ঙম্মনি। মপানগী জগৎকা—ঐখোয় তোঙান-তোঙান্না অমমম্গী হিংলিবনি হায়হুনা হিংলিবসিগা—থাদোক্লবা য়াত্রবা

মরী লৈরে। ঐখোয়গী বাখলগা — মপাললগী হবা-ফুংশিংবা (atmosphere) গা মরী লৈরে। ঐখোয়না — মী কয়াবু ঙায়নবা, অবা কংবিগুনি — মহুদি — 'মীশিংসি কংথনখিরে, অহুবা লোং তাদবনি।' মীগী বাখল ফবা-ফত্তবগা — নোংগা কমি মরী লৈনবগে? থবক ওইনদি (practically) মসিগী মরীসি মায়া লুই। তৌইগুমখুং ঐখোয়না হিংলিবা মওংসি, থল্লিবা বাখলসি — ঐখোয়না ঐখোয়গী ইশাগী অকোয়বদা থম্বা (vibration) নি হেক খঙবদা লৈনখিবা মরীসি খঙবা ঙমই, ঙমগনি। ঐখোয়না তৌরিবা পুম্নমকসি ঐখোয়না ঐখোয়গী কোক্তদা থম্বা — ময়ামগা মরী লৈনদ্রবা অমত্তু নত্তে। ঐখোয়না বাখল থম্বসি লমাই — ঈথম্বা থম্বা নত্তে, ঐখোয় ঐখোয়গী অকোয়বদা ঈথক অমা (vibration) শেম্মী। মী অমদগী থোরকপা (vibration) হু — মীহুগী হকচাংদা পুন্নুনা লৈবা নত্তে, মহুনা মঙাল ওইনা (Aura) মীহুগী মশাদগী থম্বা লাপ্পা ফাওবা চংলি।

থোক্লিবা মঙালসিগী অরাপ্পা-চৎপা মওংদি মীহুগী থম্বা মওংদা (কম্না অমম্মুং য়ুংনা থম্না থন্দবা) লৈ। মসিগী principle অসিনি — 'মপুক ফত্তবা মীগা তিম্নরুন্নু, অফবা মীদগা তিম্মো' হায়নরিবসি। মরমদি মখোয়দগী থোকপা বাখলগী ঈথক (vibration) অহুগা ঐখোয়দগী থোরকপা অহুগা থেঙ্নায়রে। ঐখোয়গী বাখলসি মপানগী হবা-পানিনা, (atmosphere) influence তৌবা য়াই। মী পুম্নমক বাখল অমা হেক থম্বদা বাখলহুদগী ঈথক অমা থোরকই। ঐখোয়না করিগুম্বা অমা পুম্না

লুনা, থরায়শোক্লা হেক থম্বদা—বা অমা ছাঙবা কাওবদস্তু ইশাদগী শোয়দনা ঈথক অমা থোয়কই, মথমদি ঐখোয় থবক অমম্ভ রাথল থম্দনা তৌবা ঙম্বা নত্তে। থবক খুদিংগী অমস্তুং রা-ভাঙথোয়কপা খুদিংগী রাথল অমমম্ লোয়নবনি। মথমসিনা মী খুদিংদগী থোয়কপা, অহাঙবসিদা পৈশিন্দুনা লৈরিবা ঈথক্তু—থস্থরগদি— মতুনা ঐখোয়বু শোয়দনা শোকহনগনি হায়বসি মশানা তাবা রাকম্নি। ঐখোয়না atmosphere অসিদা ঈথিল কয়া পী। মখোয়না অহাঙবা আকাশ অসিদা magnetic field অমা শেমই। মথম অসিনা মী খুদিংদগী থোয়কপা রাথলগী ঈথক অসনা অমগা অমগা যৈথায়-রূকপদা প্রকৃতিগী ওইবা থৌদোক কয়াদা শোকহল্লি; থোকহল্লি। ঐখোয়না মখোয়গী থৌশিল (activity) তু থিংবা ঙমই, প্রকৃতিগী মশাগী ওইবা থোঙচৎ অমস্তুং থবক্তু কায়হন্বা ঙমই অমস্তুং অতুং-অথম লৈতনা অস্থুম্না চথরিবনি।

মপান্দ লৈরিবা এটমোস্ফিয়ারগী activity অসিগা ঐখোয়গী হিংলিইগী রাথলগা লৈনরিবা মরীসিনা যুক্ষম ওইরগা উপাময়দনা ঐখোয়দা ভাকপী, মথুদি—ঐখোয়না খাল্লবা, তৌরিবা থবক পুম্নমক্কসি যজ্ঞ অমদা হোম পীবগা চপ-মান্নে। ঐখোয়না ঐখোয়গী থোঙ-খুৎনচিংবা লেঙলি-থোংলিবা পুম্নমক্কসি ইচম চম্না তৌবা থবক অমত্তা নত্তে; মসিনা মশাগী ওইবা প্রকৃতিগী থোঙচত্তা অকায়বা পী অমস্তুং থোঙচত্তু ওনহল্লি। ঐখোয়না যজ্ঞ অমদা ঘী অমস্তুং চকমচিংবা হৈজিনহনবা চাক্লিবা

মৈদূগী মওংছু মশানা ওল্লকই। মৈদূ ঐখোয়না করি হৈজিন্নগে হায়রবগী মখা পোল্লকই। ঐখোয়না লৈখোম হৈজিল্লবদি— মৈঁদূগী মওং ওনগনি। ঘী হৈজিল্লগনা মওং অমা ওইনি। অদুগুম্না মীগী কর্ম্মস্তু চপ মায়ৈ; মীদ মত্তে—কর্ম্ম—পুরুষক চপ মায়ৈ। ঐখোয়না মরু ওইনা খনগদোবসি — মীগী কর্ম্মনা প্রকৃতিগী ওইবা যজ্ঞদা—অকায়বা পীবসিনি। ঐখোয়না প্রকৃতিগী খোঙচৎকা য়ান-য়ানবা কায়দনা চৎলগদি - মতুনা যজ্ঞ অমা ওইনি। তৌইগুম্বস্নুং মতুদা য়েৎলুরবদি প্রকৃতিগী চংকম খোকপা মওং কায়রকই অমস্নুং মতুদগী য়িএক্সন্ অমা থোরকই। ( ওম-তৈতমবা মহৈ ), মতুনা ঐখোয়গী অমাঙবা ওই।

কর্ম্ম অমা তৌবদা— তৌগে খন্বা মতমদগী মহৈ ফংঙ্গি-ফাওবগী মরক্ত রাখলগী ঈচেল অমা চেল্লি। মহুবু যোগী-ঋষিশিংনা 'অপূর্ব্ব' হায়না থঙনয়ে। ঐখোয়না থবক অমত্তং তৌবসি - চুমগী খোঙ থুংনচিংবা মখী লৈমবা হকচাং লেঙবদ নত্তে, মসিনা ঈথক (vibration) অমা হৌহল্লি হায়বসি ঐখোয়না খঙলে। ঈথক অসিনা মপানগী মুংশিঙ্গা—অহাঙবসিদা কমা ইল্লি। মসিনা মপানগী environment-তা মিংনা উদবা মওং অমা থোকহল্লি। মহুবু যোগী ঋষিশিংনা অপূর্ব্ব হায়না কৌই।

তৌরিবা থবক খুদিংমকী, খল্লিবা রাখল খুদিংগী মহৈ অমা মুংশিঙ্গা (atmosphere) দা থোকহল্লি— মহুবু 'অপূর্ব্ব' কৌই। মসি অনৌবা থোক্কপনি, হায়না লৈরবা নত্তে। অপূর্ব্বসি নত্তগা

মিংন্না উদবা ঐখোয়গী থবক্তী মহৈসি—ঐখোয়গা থাদোক্নবা ময়াদে, ঐখোয়বু শোকহল্লি, মন্নী লৈদ্রে। ঐখোয়না মসিগী হোৎকল্মি। অপুর্ব্বগী হোৎকম ওইবা মন্নমদগী ঐখোয়না তৌরিবা থবক খুদিংমক্তী মহৈসি ঐখোয়না ফংবা তাই। মন্নমসিনা ঐখোয়না সংসারসি থাদোক্নবা মতুংদা ঐখোয় কপ্নি ওইরগদগে হায়বহ্ 'অপূর্ব্ব' মত্রগা ঐখোয়না তৌকখা কর্ম্মনা লেপ্পনি। করিগুম্বা মতমদা মসিগী মহৈসি পূক্নি অসিমক্তদা থোকপা য়াওই। ঐখোয়গী কর্ম্মহ য়াম্না পূক্নীং য়ুংশিন্না তৌবা ওইরগদি— অকবু ওইরবস্থু, কত্তবু ওইরবস্থু, মহৈহ হন্দক্তী মপোক অসিমক্তদা ফংই, থবক্তু য়াম্না তপ্পা, অঙ্গৈবা ওইরগনা মতুংগী মপোক্তা ফংই। প্রকৃতিগী ওইবা য়ুক্ষমসিদা—ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্ম খুদিংসি হোম ওইহনা ঐখোয়না কৎপনি।

স্বর্গগী মৈ ওইবা—মুমিৎনচিংবনা শীং ওইহনা চাক্লিবা অগৎ পুম্নমক্তী ওইবা, মথক্তা হায়খ্রিবা যজ্ঞ অসিদা ঐখোয়না থ্বাইদগী হেন্না মক্ল ওইবা শক্ক য়াই, ঐখোয়গী কর্ম্মসি ঐখোয়গী ড্রামাগী 'একতিং' গুম্বনি। মসিগী ড্রামাসিদগী চাউরবা মহৈ অমা থোকই। ঐখোয়না তৌনরিবা যজ্ঞসিদি—লাইরেম্বী নত্রগা লাইরেম্বা অমা কৌবনি ( invoce )। ঐখোয়না 'ইন্দ্রায় স্বাহা' হায়বা মতমদা ঐখোয়না ইন্দ্রবু কৌরবনি। 'ঐখোয়না—অগ্নেয় স্বাহা'—'সূর্য্যায় স্বাহা' হায়হনা হোম পীরিবসি অককুবা লাইশিংহগী মপুক্নীংহ—মওং অমদা চিংশিনবনি। চাউরবা অগৎকী ওইবা যজ্ঞ কুণ্ডসিদা, ঐখোয়গী পুক্নিগী কর্ম্মশিংনা হোম ওইবা

ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্মশিংসিনা ঐখোয়দা অস্থুম্না থোক-ল্লনি। তৌরিবা কর্ম্ম পূম্নমকসি অহোবা-অরোইবা নাই, মসি মতম থরগী ওইবনি। মাংবা য়াবা হকচাং নৈ, মতম পুম্নমক্কী লেংদনা লৈবা নত্তে। মরম্দি— অরোইবা মাইবা মরমদগী অরোইবসু, মাইনি। অস্থুম্না ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্মচুগী— মওং-মতৌ অমগুং য়াম্না পামশিন্না-পামশিন্নবা অচুগী মচুংইন্না মচুগী মহৈচু ঐখোয়না কংই অমসুং কাথং-কুম্থ তৌজন্না লৈ। মচুমু অমুক হন্না পোকপা হায়না খঙনয়ে।

পঞ্চাগ্নি বিদ্যাদা ঐখোয়না নৈমজ্ঞিবসিগী মরমদি থরাম্না মীওইবা ঐখোয়না পোকপা হায়বসি করমা ওইরক্লিবনো অমসুং থরায়না মথং-মথং কুম্নথরক্কুনা জগৎসি য়োয়কপা মতমদা হকচাং অমা লৌথোকপগে হায়বসিগী নৈমজ্ঞনা খঙহনবা লাক্লমনি। তাক্লিবা, নৈমরিবা পূম্নমকসি মচং শিননবা খুদম ওইনা পীবমি-চুমগী থরা পাবনদি খঙবদা য়াম্না লুই। নৈমজ্ঞিবসি চুমগী ব্যাকরণগী, মমেক্কী মওং য়েংলগা পাবা, অর্থ তৌবনদি—খঙবা য়াবোই। মসি গুরু কম্না থম্না মীগীনি। মসিদা তাকপা পাম্মিবসি ঐখোয়না অসিদ,—হিংলিরৈসিদা তৌবা কর্ম্ম মচুংইন্না, মচুকগী কংলকপা মহৈ ওইনা অমুক হন্না অনৌবা লমদগী কুমথরক্কুনা পোকপা হায়বসি তৌবনি, অসিনি।

"হে গৌতম! 'পর্জন্য' হায়বসি অসেংবদি 'নৈ' অগ্নিনি; সুংশিৎনা মচুগী শীং ওই; নোংমা নৈথুনি, নোংথাংনা নৈমিনি, নজনা নৈখাল অপাবনি; নোং থাকপনা নৈমিক্লি।"

'মৈকুম অসিদা, লাইশিংনা 'সোম-নিংথৌবু হোম পী। হোম অহুদগী নোং ধোয়কই।'

## মথংগী কুমথরকপা থাক
## ( পর্জন্য নত্রগী নোংগী লৈপাক )

মথংগী কুমথরকপা থাক্তি পর্জন্য— মত্রগা নোং নিংথৌগী লৈপাক হায়না সিম্বোক্লিকেল্লি খঙখরে। মসিনা হায়গী অৱাংবা থাক্তুগী খয়া কুমথরক্লবনি, খয়া পোথোরক্লবনি, ঐখোয়না 'আ-স্বর্গ'—হায়নবা লমদুনি। মসিদা অমুক হয়া কয়া লেঙ-ওং তৌরে, নৈথাররে। মসিবু ঐখোয়না 'যজ্ঞ' অমনি হায়না খনগদৌবনি। কম্পিস্থা মকম অমদা নোং য়াম্না তাবা,— মতু লম অতুদদা থোকচবা, তোঙাম্না থোকপা থৌদোক নত্তে, মসি অগংকী ওইবা থৌদোক্লি। নোং ওইননবা লাক্লবদা মরম কয়ামুক চঙই। মরম কয়ামুক্কুদগী নোং ওইরকপনি।

অহানবদা অৱাংবা লমদমদা অকম্বা ঈথক ( vibration ) অমা হৌই। মসিগী শক্তক খরদি ঐখোয়না সংসার অসিদা তৌরিবা থবক, চংলিবা শারুং অসিগা মরী লৈনৈ। মরম অসিনা নীংথিনা তাবা ভাদবা হায়বসি ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্মসি—চুম্না তৌত্রা তৌদত্রা হায়বসিগা মরী লৈনৈ অমম্ভুং মসিনা মথৌ হাপই, Influence তৌই। মরম অসিনা নোং নীংথিনা তাবা-ভাদবসিগা ঐখোয়না হিংনবা লাক্লিবসিগা মরী লৈনৈ। মসি খঙবসি য়াম্না মুংঙাইবা, কামবা মওংনি, ঐখোয়না

হিংবনি হায়রদুনা হিংলিবসিগনি মরী লৈনদবা থৌদোক নত্তে। মোং ওইরকুবা থরা কুমথরকুবা নমগমসিং যজ্ঞ অমনি হায়না থগদৌবনি। থাক পুদিংবক যজ্ঞ ওইবা লৌবনি, মসি সাধনানি। কাথংপা-কুমথরকপা নিয়ম পুম্নমক্স—উপনিষদকীদি সাধনানি।

মোং তারকুবগী মরম ওইরিবা, ঐখোয়না মোংগী লাইপর্জ্জনা কৌরিবসিনা যজ্ঞ অসিগী মৈদি। শিংলিবা হুংশিং—'বায়ু' অসিনা মৈসি ছুমই; মৈদি থোকহল্লি।' অহাংবসিদা (atmosphere) অস্তুরা থোপংপা অইবা য়াওবসিদগী মোং মংলকই। যজ্ঞ অমদা মৈদুগী চাকপা ওস্বা শক্তিদগী মৈ কারকপগুম্না, মংলিবা মোংসি—য়াম্না থারকা লৈম্নোল শেমদুনা—এটমোস্ফিয়ার অসিদা অমগা অমগা য়ৈশিন্নদুনা মপা-মনুংগী ওইবা থবক্কুগী অককুবা মায়কৈ অমদা হুংশিং শিংলকই। মোংশিংসি অদুগুম্বা যজ্ঞদুগী মৈথুনি। যজ্ঞ অদুদগী থোরকপা মৈদিগী মগালদি মোং মরক্তা মোংথাং কুপ্লিবসিনি। যজ্ঞ অমদা মৈয়্লিদি কম্না য়াম্না ওান্নগে, লংবগে হায়বসি ঐখোয়না থগুলিবসিনি।

মোং তাবদা মোংথাং কুপ্লদু যজ্ঞগী মৈদিগী অরংবদুনি হায়না থাজ তৌই। যজ্ঞগী মৈ শিথরকুগা—অপাবা-অগাওবা মৈতাল লৈহৌবদুগা মোং থাকপগী ওংলিবা মখোলদুগা প্রমাণ তৌবা য়াই। যজ্ঞগী মৈরিক মচা-মচা কাপথোরকপগা মোং কম্না তাপ্পবা তুংদা মায়কৈ কয়াদা মরিক মরিক তারকুনা মখোল থোকপদুগা চাংদম্নৈ। মোং লেপগ্রবা তুংদা অমস্থং

অমসুংবা নোংনা মাৱকৈ কয়াদা পাইরকপা মতমদ ঐখোয়না মখোল অমত্তু তাবা ফংই। মসি পূম্নমক্কসি ঐখোয়না পূক্নীংদা খ্যাম তৌগদবনি, থনগদৌবনি। মসি ভগবানগী ওইবা ৱাখলনি (ধ্যানি), —মৱমদি নোং খোকহল্লিবা লমতু — মচুদগী-হেন্না ৱাংবা লমদ—অহাম্বা ঈথক (vibration) হৌরক্কুবা নৈৱগী খোৱকপনি। চিঙ্জাক খ্যোকহল্লিবসি নোংদগীনি। চুংন্না নৈনৎ রক্কদৌরিবা স্বয়ম্ভূদমক—মসিগী ৱাকমসি পুখোকপনি।

ৱাখলগী মশক ওইবা যজ্ঞ অসিদা লাইশিংবা ঐখোয়গী কর্ম্মশিং হোম ওইবা পী। মফম অসিদা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরবা 'ভূত-সূক্ষ্মশিং' মত্রগা কুপথ্রবা হৌরকফমগী মচাকশিংসুবু সোম-রাজ মত্রগা সোমনিংথৌ হায়না খঙনবে। মসিগী 'টার্ম' শিংসি (term) লোল অমদা হন্দোকপদা য়াম্না লুনা খোকই অমসুং খঙবস্থু য়াম্না ৱাবনি। মখোয়শিংসিগী য়াম্না কুপথ্রবা অর্থ লৈ, মপানগী ৱাহৈগী অর্থনি হায়রতুনা তৌনৱিবসিমক্তনা ওইদে। ঐখোয়গী কর্ম্মনা থোকহনবা কুপথ্রবা গুণশিং (poten-cies) তন্মাত্র মঙাগী গুণ—শব্দ (মখোল), স্পর্শ (শোকপা), রূপ (মওং-মশক), রস (মহাও) অমসুং গন্ধ (মনম) মঙা-সিগা পূমশিনথি। মসিনি—অরাংবা থাক্ত ঐখোয়না থেংনক্নরিবসি অমসুং ঐখোয়না তৌরিয়া কর্ম্মসিগা য়ানশিল্লে—মহুনা 'অপূর্ব্ব' ওইরে। অপূর্ব্বসিগা কুপথ্রবা তন্মাত্রগা য়ানশিল্লহুনা ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্ম পূম্নমকসিমা মরী লৈনহল্লি। অদুম তৌহুনা ঐখোয়গী কর্ম্মনা শিন্নবা মতুংদা য়োকেংকুম্না য়াংনা খন্না হেন্না

যাংবা মকম তাম্না পুথংলি। থোক্লিবা এক্সনশিংসি, কর্ম্মগী মহৈশিংসি,—ঐখোয়গী কর্ম্মবা থোকহল্লিবা ( vibration ) শিংসি স্বর্গদা থোকপা চাউথ্রবা ড্রামা অমগুম্বনি। স্বর্গদা লৈবা লাই-শিংগা পৃথিবীদা লৈবা মীশিংগা 'পীবা-লৌবা' ( give and take ) গুম্বা গাড়ীগী চাকাগুম্বা কোয়বা হৃক্সং-হন্দা চংপা মকোয় অমা লৈরি। ঐখোয়না করিগুম্বা অমা পীরে, মখোয়না করি-গুম্বা অমা পীথরকই। ঐখোয়না সংসারসিদা তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না প্রকৃতিনা ঐখোয়দা পীরকই। ঐখোয়না ফংকম থোক্তবহ ঐখোয়মা ফংদে, থাক্লেশেংবদি— ঐখোয়না—পীখিদবহু করম্না ফংগনি। ঐখোয়না পীখিবা, ঐখোয়না ফংকম থোকপা মতিক চাবহু, যজ্ঞগী পান্দমগুম্না, ঐখোয়না নিষ্কাম কর্ম্মদা, ইশাগী ওইজবা য়েংদনা কংখিবা, তৌখিবা কর্ম্মহুগী মহৈহ করিগুম্বা মতমদা—শেন্দোয় ফাওবা য়াওনা প্রকৃতিগী আইন্না হনবিরকই। অসুম তৌহুনা প্রকৃতিগী লৈদুনা চংলিবা নিয়ম-সিদগী ঐখোয় মী অমমম্ ওইনা— ঐখোয়না তৌরিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না— মহুগী কর্ম্মশিংহুনা নোং তাকল্লি। নোংসি করম্না তারক্লিবনো হায়বাস ঐখোয়না ভাবনা অম্সুম্না থম্বা য়াই।

থৌদোক অসি আকাশকী মচেং অমদা মরম্লাই থোকপা নত্তে। প্রকৃতিগী নোং তাবা মতমদা অনিসিগা ঐখোয়গা মরী লৈনৈ। অসি শঙনা প্রকৃতিগা ঐখোয়গা নিয়ম চুম্না— 'লৌবা-পীবগী' ভাবতা নিয়ম চুম্না লেজরগদি প্রকৃতিনা ঐখোয়দা করিমত্তা নীংথিনা পীরোই। ঐখোয়না য়াম্না ওইজবা পাম্লবা

লিক্লবা, কল্লক-মিহৌ চাউরবা— প্রকৃতিনা ঐখোয়দগী হন্দোকখি, পৃথিবীনা মাগী শক্তি চিংথোকখিগনি। পুরান্দ পৃথ্বি মাত্তাগা যন্নীগা প্রমাণ তৌবগী য়া লৈ। অসিগুম্না অহুনা মশা-মশাগী ওইজবদা পান্না, কনাদা পীজনীংদবা, মাগী মাকীদ খণ্ডদগী যন্নীনা শাউহুনা শঙ্গোম মখিক অমা কাওবা পীদে হায়। প্রকৃতিদা কত্তবা মওং লাক্লিবসি অহুত্তম্বা মওংদগীনি। নোং তাদবা (draught) থোক্লে— লায়রবে, খুদোংথীবা কয়া থোক্লে, ঈশিং ঈচাউ কয়া থোক্লে। মরম অসিনা পৃথিবীসিদা চিঞ্জাক থোকহন্নবগী নোং তাবা হায়বসি তাঞ্জা চাকবা অমদগী খুদোং চাকুদনা থোরকপা মত্তে, মসিগী থাইদগী হেন্না মরুওইবা লৈনখিবা মরীদি— প্রকৃতিগী মহৌশানা ওইবা— 'পীবা-লৌবা' 'লৌবা-পীবা' হায়বসিগা মী অমমম্গা প্রকৃতিগা লৈনরিবা মরীসি— অমগা অমগা পন্নিং চুন্না লৈনবাসিনা মরম্নি।

"হে। গৌতম্! পৃথ্বিনা মৈ ওইরে, চন্দ্রীবা শীং ওইরে, আকাশনা মৈখু ওইরে, অহিংনা অচাকপা মৈ ওইরে, মায়কৈনা শিথয়ক্লবা মৈতাল ওইরে; মরক্ত লৈরিবা অহাওবনা মৈমিক্লি।"

'মৈ অসিদা লাইশিংনা নোংগী হোম পী। মহুদগী চিঞ্জাক থোরকই, হংই।'

পৃথ্বিদা নোং তারে। পৃথ্বি মশামকসি— মৈনি হায়না খন্দুনা থ্যাম তৌনবগী পোং (মচাক) ওইরে। জগংকী ওইবা যজ্ঞসিদা (cosmic sacrifice) পৃথ্বিবু মৈনি হায়না খল্লি, পৃথ্বিনা যজ্ঞগী মৈ ওইরে। পৃথ্বিদগী চিঞ্জাক থোকহনক্লবগী

শক্তিসি— অমুক মতম্মা ঋতু থাররকপা ওইররে। মতম্মা মসিদা রাম্না মরুওইবা অমা অমুক ওইররে। 'মতম' হায়বসি করিনো— হায়বা তারগদি— পৃথিবিসি মাগী মরম্নাই মাগী একজিস ( axis ) তা লৈজবা, অমস্তুং লৈরিবা পৃথিবিসিনা অমুক মুমিত্তা কোয়বদা থোকপা মওংহুবু ঐখোয়না—মরামগী ওইনা 'মতম'— হায়না খঙনরে। ঐখোয়দা 'মতমগী' মরুওইবসি অসিনি অমস্তুং ময়াম্না খঙনবা মওংদা—সম্বৎসর নক্ষত্রগা চহী অমা হায়না খঙনরে।

পৃথিবিদা চিঙ্গাক থোকহন্নবগী মরু চহীসিনা ওইররে। মরমদি জগংকী ওইবা যজ্ঞসিদা মসিনা শীং ওই। মসিনা যজ্ঞ অসিগী মৈসি মতম পূম্নমক্তা চাকহন্দুনা থমই। অতুদি— ঐখোয়না মসিবু করম্না ধ্যান তৌনি? ঐখোয়না থকুলোমদা য়েংথংপা মতমদা আকাশ অসি পৃথিবীদগী হৌগংলকপা চোংতাবন্ ( dome ) ওইনা উই অমস্তুং মসিবু ঐখোয়না পৃথ্বি-মৈদগী মৈখু কাথংলকপনি হায়না খল্লা য়াই। যজ্ঞ অমদা মৈদগী মৈখুনা মরম ওইরগা মৈরি কাথংলকপগুম্না, ঐখোয়না অহিংনি কৌজরিবা মওংস্তু, নোংতানবা মতমস্তু লুপা অমগী মনাও-মনীংগুম্বনি— পৃথিবীনা অকক্লবা মওংদা লেংবদগী থোরকপনি। ঐখোয়না নোংতাম্বা, মুমিদাং ওইল্লিবসি করম্না ওইল্লিবনো খঙই। মসি থোকহল্লিবসি পৃথিবা থবক মওং খল্লা তৌবদগীনি। পৃথ্বিনা অহিং-মুংথিলগী মরম ওইবগুম্না অমস্তুং মৈনা মৈরিগী মরম ওইবগুম্না, মসিগী সাধনাসিদা অহিং মুংথিলবু যজ্ঞ অসিগী মৈদগী

খোরূকপা মৈথিনি হায়রা খল্লা তাই। মায়কৈনা মৈতালনি,— মরমদি মখোয়সি পৃথিবী অকোয়বদা থোক্লিবা করিগুম্বা অমত্তনা মখোয়বু লেংহন্দবগুম তৌই। অহাংবা আকাশতা ঐখোয়না য়েংখৎপা মতমদা, পৃথিবীদা করিমত্তা থোক্তবগুম্ য়াম্না অঙৈংবা ( calmness ) অমা কংই। মৈ মুৎলবা মতুংদা মৈতাল তাবগুম্না মসিনা তৌরিবতুগী মচাক্কি হায়রবা লৌ। মৈদগী মায়কৈ থুংনা মৈথিক পাইখোকপগুম্না— মায়কৈ পুম্নমক্ক অহাংবা করা উবা কংই। মতুবু ঐখোয়না যজ্ঞগী মৈথিক্কি হায়না ধ্যান তৌবা তাই। মরক্ক লৈথিবা অহাংবসিদি অত্তুক য়াম্না মরু ওইদে, মতুনা মখোয়বু মৈথিক কৌরিবনি।

লাইশিংগী থৌশিলদগী পৃথিবীদা নোং তাই। লাইশিংসিনা ঐখোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংসিগী মপুনি। স্বর্গদা লৈরিবা লাইশিংগা ঐখোয়গী 'জ্ঞান' ইন্দ্রিয়শিংনা তৌরিবা মথোংগা মরী লৈনৈ। অসিগুম্বা চাউথ্রবা যজ্ঞসিদা নোং তাননবগী থৌদম অতুবু হোম পীতুনা পৃথিবীদা পোথোক-পোৎচাক থোকহল্লি, চিঞ্জাক থোকহল্লি। চিঞ্জাক থোকহল্লিবসিগী তোঙানবা মরম অমগা লৈরি, মতু মখাদা হায়রকদৌরি।

লাইরৈপাক ( স্বর্গ ), অতিয়া ( এটমোস্ফিয়ার ) পৃথিবী, মুপা, মুপী— মঙাসি মথং মথং চথরকপা যজ্ঞসিগী মৈনি। মথং মথং চথরক্লিবা থাক অসিদা ধ্যান তৌববু পঞ্চাগ্নি বিদ্যা হায়না কৌয়ে, খঙনয়ে। 'পোকপা' হায়তুনা পোক্লিবসি—কী থাক মঙাসিগী অমগা অমগা লৈনবা মরী, অপুম্বা

শক্তি অমম্মুং অমগা অমগা মত তিম্না থাইদোক থাইজিন তৌবদগী ওইরকপনি।

যজ্ঞ মতাসিদগী মী অমা পোক্লকপসিনা থুদম্ প্রমাণ ওইরগা— জগৎ অসিদা ওল্লকইবা, পোক্লক্লিবা পুম্নমকসিদ পানশিন্না য়াই। পোক্লক্লিবসি মী ওইসনু, শা ওইসনু, কয়িং গুম্বা অমম্ম ওইসনু— অমুক কয়ি হায়গনি থরায় পান্দব পোং ওইরকপা ফাওবদা মশক-মওং মাইবা-মাইদবা অতৈ লাইগুম্বম্ম— নিয়ম অসিমত্তদগী ওইরকপনি। মসি মকম পুম্নমক্ত চুম্নবনি। সমুদ্রদা ঈথক হৌনবগীদমক পৃথিবীদা লৈবা ঈশিং পুম্নমক চেনশিনবগুম্না জগৎ অসিদা হেক থোক্লিবা থৌদোকী মরম অমম্মুং মত্তুগী মহৈ— পুম্নমকসি য়োহিলং-কোহেলৌ চন্দুনা কাবা মাম্হোক্লবা য়াদবা মরীগুম্না লৈবনি। নিয়মসি মকম, মতম পুম্নমক্ত চুম্নবনি। সমুদ্রগী ঈথকসি কয়িগুম্বা মিংবা উবছমদবা পীকপ্রবা মকম অমদগী হৌবা য়াই, তৌইগুম্বম্মুং ঈশিং পুম্নমকসি অমত্তা ওইবা মওংদা ঈথক ওইরকই। অহুগুম্না পৃথিবীসিদ— 'মাগীদদা থোকচবনি, লম অহুগীদদা ওইবনি'— হায়বা থৌদোক অমত্ত লৈতে। থৌদোক পুম্নমকসি জগৎ পুম্নমকীদ ওইবনি। অহুনা অতাং অমা পোকপম্মু অহু মতাই। পোকপা পুম্নমকসি জগৎকী ঈথক হৌকম অমমম্নি।

মথক্ত হায়খ্রিবা অম্মুম্না রাখলগী ঈচেল থবসি— সাধন তৌবসি— পঞ্চাগ্নি বিদ্যাগী দর্শনি। ঐখোয়না কয়িগুম্বা অমত্ত— লম অহুদা থোকচবনি, লম অহুগী মওংনি, লম অহুদা শেমজবনি,

মী অমদা খোকচবনি হায়না খল্লোইলবনি। মসি নৈতবনি, তোঙাম্বনি হায়বসিমক পুনশিন্নবগী মরুনি। ঐখোয়সি ঐখোয়না পোংশিন্দা লাম্না য়েংবা মিংয়েংদগী ঐখোয়বু পোংশিংহনবা পুম্বনি। খোক্লিবা খোদোক পুম্নমকসিগী হৌরকফম ঐখোয়বা ঐখোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা লেপ্লকপমক্তনি, লাইতাক্না (Intuition) না খঙলকপা অমত্তু নত্তে। জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা ঐখোয়দা করি তাকই? পাক-চাউরবা মখোয়গী পাউগী পুক্কৈদগী মখোয়না থেংনখিবা খরদংগী পাউ পীরকপদনি। পৈশিন্দুনা থমখিবা পাউগী পুক্কৈ অসিদি—মিংনা, জ্ঞাম্না অমম্তুং ইচম-চম্না মীওইবগী বাখলনা খঙবা ঙম্বা নত্তে। তৌইত্তম্তুং ধ্যান্না পোং পুম্নমকসি মিংচাননা য়েংমনবা মিংয়েং অমা তাকপীরি— মহুদি "পুম্নমকসিনা খুদিংমক শেম্লকপনি, খুদিংমকসি পুম্নমক্কি অমম্তুং পুম্নমক মকম পুম্নমক্ত নৈবনি, অকক্নবা তোঙান্বা মী অমা অমম্তুং হকচাং অমা নৈতে।" মসিনা কবিত্তম্বা পোং অমগী অপান্বনা ঐখোয়বু পুন্সমবগী বাখল খন্না মওংনি (সাধনাগী মওংনি)। অসিত্তম্বা সাধনসিদা ঐখোয়না পুন্সিচুপ্পা খন্না অমম্তুং তৌবা ঙম্বদি— অমত্তদা জগৎ পুম্নমক উবা ঙম্লকনি। ঐখোয়না কবিত্তম্বা অকক্নবা পোং অমদা য়েংলকপা মতাংদা—জগৎ পুম্নমকসি মহুদা উবা ফংলেনি, মাঙদ লৈরিবা পোং অতুমক্তা ওইনা উরোই। 'মী অমা'— হায়বসি অমরোমদদি নৈতে। উপনিষদনা কবিত্তম্বা খোদোক ভূমগী হৌরকফম অমম্তুং মহুদগী থোরকপা মহে তাক্লকপা মতাংদা চুম্নগী জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা তাক্লকপগী বাংমদা

পুন্নমথা লাকনৈ অমস্তুং অনৌবা, ইতোপ-তোপ্পা ইনটুাইসনগী জ্ঞানগী খোঙ অমা হাংদোক্লবা লাক্লে। মসিগী জ্ঞানসিদি পায়বা-শোকপা মাবা, উবা-তাবনচিংবদগী খণ্ডলকপা জ্ঞানগী বাংমদা লৈ।

ঐখোয়গী থব্রায় সংসারসিদা পুন্দুনা লৈবা হায়বসি ঐখোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অমস্তুং বাখলনা (মন্না) পুরকপা পাউচু লৌহুনা মরী লৈনবদগীনি। মচু মন্ অমস্তুং বুদ্ধিনা অচুম্বনি হায়না লৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং, মন অমস্তুং বুদ্ধি অহুমসি পুন্না থবক তৌহুনা পোৎশিংসিগী মরমদা অরাপ্পা আইদিয়া অমা পী। অহাপ্পা অরাম্বসি জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা তৌই। মন্ অমস্তুং বুদ্ধিদি জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা শাগৎলকপচু অমুকা হেন্না থম্বা ওগাইনা চুমই হায়না লৌবদনি; পীরকইবা পাউচুদি মতম পুম্নমক্ত অরাপ্পা পাউনি। মরমদি মহৈ অচু ফংননবা লাক্লরকপদা মিৎনা উবা ঙমদবা চণ্ডগ্রিবা মরমশিংচু য়াওখিদে। নোংশিংসি খুদক্তা আকাশত মংবা নত্তে; নোং মংবা অমস্তুং তাবা অসি থোক্লনবা লাক্লবদা মীগী বাখলনা লাম্বা ফংলম্লোইদৌবা মরম কয়ামুক্তী অপুন্নদগী থোরকপনি। পৃথিবিসিদা থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমকসি অসিগী মওংসমক্তনি। অস্থুম্না জগৎ অসিদা অত্তাং অমা থোরকপন্থ— হোৎনবা মরম কয়ামুক পুন্নগী মহৈ ওইনা লাকপনি, অতৈ পোৎস্থ অহুমত্তাই।

অসিগুম্বা সাধনা অমস্তুং ধ্যানগী যজ্ঞদা অস্থুম্না থন্দুনা হোম পীবসিস্থ পঞ্চাগ্নি বিদ্যা কৌই। মসি ক্ষেত্রদনা খণ্ডলম্বা

ব্রাহ্মণশিংদি খণ্ডলমদথা অথূপ্পনি। মসিগী অথুপ্পসি মহারাজ প্রবাহণ জৈবলিনা তাকথোক্লীংলমদে, মরমদি মসিগী অথুপ্পা জ্ঞানসি মহাক অমত্তুং মাগী শাগৈত্তদা চোকশিন্না মী খণ্ডহন্দনা লোত্তুনা থম্বা জ্ঞানি। গৌতম কৌবা ব্রাহ্মণদো, মাগী শিষ্য ওইনা চঙজরক্লুনা, ইহান হাম্বা ওইনা মান্না বিদ্যাসি তাক-থোক্লে। পঞ্চাগ্নি বিদ্যাসিগী অকুপ্পা অথুপ্পসি নীংথিন্না শেংনা তাকপীরবা মতুংদা মান্না অয়োইবা ওইনা শন্নুম্না লোইশিল্লি—মহুদি মীগী ইন্দ্রিগী ওইবা কুণ্ডদা—চাপ্রিবা চিঞ্জাক অসিনা হোম পীরগা, মহুনা মরু ওইহুনা অতাং অমা পোকপা হায়রদু ওই। মাগী রাজ সভাদা লাকপদা অতাং অতুদা হংথিবা বাহং-শিংগী মরক্তা মসি অমনি।

## অহানবা হোম

ইহান হাম্বা হোমদি—লাইবৈপাক ওইরবা স্বর্গদা জগৎকী ওইবা অহানবা লেঙবা ( universal vibration ) হোই। মসিনা অহানবা যজ্ঞনি, অহানবা হোম পীবনি। অনিশুবা যজ্ঞনা অহানবগী ভাইব্রেসনসি পৃথিবীগী আকাশতা (এটমোস্ফীয়ারদা) য়োরক্লুনা মোং তাবনচিংবা থোকহল্লি। অহুমশুবা যজ্ঞনা অমুক হেন্না পৌথোরক্লুনা মশক মাইবা পোং ওইরকই। মরিশুবদা মী ওইরকই। মী ওইরকপদা জগৎকী শক্তি পুরনক পুল্লখনি অমসুং মহাক্তা চিঞ্জাক ওইবা চারগা অঙকপা শক্তি অমসুং থৌনা পোকহল্লি। মতাশুবা হোমদি মুপীনি। মথোয়গা নিপাগা

ত্রিগুণগা অণ্ডাং পোকপা 'হান্নবচু' ওইহল্লি। 'মখোয়সিবু মৈ (যজ্ঞ) মণ্ডানি হায়না থগৈ। মৈশিংসি—ভোজামা,' অমত্তদা খোকচন্না ময়মাইদি হায়না থপোকপা য়াদে। উপনিষদদা মসিগী বিদাসি— অসিগীদমত্তনি, 'মৈ' হায়রিবসি—মাইগী ওইবা, জগংকীদি ময়ী লৈনবা মশক্তি। মসি লমগী ওইবা, অনক নাইবা, পৃথিৱিসিদগী ওইবা মওংদা অকক্লবা মওংগী থক্ত নত্তে। মসি— ঐখোয় অময়মন্ত্র শক্ক য়াবা, জগং পূম্নমক য়াওবা নিয়ম্নি। থোক্লিবা থোদোক, লৈনরিবা পূম্নমকসি, থনগদোবা রাখল মওংসি— জগংকী ওইবা, পূম্নমক কোনশিন্না, পূম্না চংপা থোদোক্লি হায়না থনগদোবনি; থোক্লিবা থোদোক পূম্নমকসি—লম অমত্তদা থোকপা অকক্লবা থোদোক্লি হায়বা য়াদে, নত্তে।

মণ্ডাগুবা হোমগী থোকহন্না মহৈদি—ময়াগী অণ্ডাং থাউদ অণ্ডাং ওইবনি। পীরিবা খুদম অসিদা মীওইবগী ওইনা পীরি; মসি মীদগী নত্তে, পূম্নমকী ওইনা অচুম্বনি হায়না লৌপদোবনি। করিগুম্বা ময়ম (cause) অমদগী—মচুগী মহৈ ওইনা (effect) অণ্ডাং অমা পোকহন্নবু— মচু ময়ানি। মীওইবমদি অণ্ডাংসি থা-তরামুক ময়াগী থাউদা লৈ। মতুংদা মাগী জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংগী মপান্দগী অমম্-অণ্ডাল থংলকই অমম্বুং পোং অতৈবুন্ন উয়কই। মতুংদা মী অমা ওইনা সংসারসিদা থবক ভোবা হৌয়কই অমম্বুং মথাওনৈগী মপোকী কর্ম্মগী মতুংইন্না হিংকম থোকপা মতম থম্না হিংলগা সংসারসিদা লৈরমই।

ময়াগী থাউ মনুংদা লৈরিভেদা মী অমগী মপুক্কি লৈপরি। মসি শাংদোকহন্নবসু য়াদে, কক্থংপসু ঙমদে, 'হাদনা হায়রবা

'অপূর্ব্ব' হায়বা শক্তিসিনা মী অমনা পোত্ক্রিকৈগী মমাঙদগী শীন্দুনা লোইপ্রবনি, মরূম কয়ামুক্তা মরম ওই ( মরমগী মথক্ত মরম লৈবনি )। ঐখোয়না মীভিন অমদা হীরম কয়ামুক কুপ্পা লৈনরগা কীরেপ অমা লৌবগুম্বনি। ঐখোয়না 'অপূর্ব্ব' কৌরিবা —ঐনা ঐনা ভৌখিবা কর্ম্মগী— কোঙদোক্তবা কর্ম্মগী মহৈ ময়ামত্তুনগী থাইদোক-থাইজিন ভৌয়গা, ঐখোয়না প্রারব্ধ কর্ম— কৌবা অতুদগী ওইরকপনি। ঐখোয়না মপোক অমদা কংলিবা পুন্নমকসি প্রারব্ধ কর্ম্মনা লেপপ্রবমক্তনি। ঐখোয়না মপোক কয়াদা ভৌখিবা কর্ম্মগী পাঙথোকপ্রবা, পাঙথোকখিপ্রিবা, নীংবা থুংবা-থুংদবা, অরাম্বা-লান্দবা কয়াতুদগী থাইদোক-থাইজিন ভৌরগা মপোক অমগী কীরেপ লৌই। মতুবু প্রারব্ধ কর্ম্ম কৌরে।

অঙাং অমা পোক্লে হায়তুনা, মহাক হায়গী মরম কয়ামুক্তগী মমৈথংদা নাম্থোক্লে, মরী লৈনদ্রে হায়বা নত্তে। থোকহনপ্রিবা মরম অতুগা কংলিবা মহৈ অতুগা খোঙথাং খুদিংগী য়ানশিনতুনা লৈ। করিগুম্বা মতমদা—থোকহনপ্রিবা মরমদগী পূমান মান-থোকপা শুকয়া য়াদে। মথা তাবা হত্তুবা থাক য়োরবা ফাওবদম্বু মথকী থাক লৈনরিবা মরীতু পুমতং-তংনবা শুকয়া য়াদে, মতম পুন্নমক্ত মরীতু অতুম লেঙদনা লৈ। শুমথৈ লৈত্তনা অতুম্বা লম্বী-দগী ওন্থরক্তুনা লৈথা তাবা ফাওবদম্বু অরাংবা থাকী (ভগবানগী) মরীসি করিগুম্বা মতমদা ককৃপা শুমদে। মতম পুন্নমক্ত মসি অতুম লৈ। অমম্বোয়দা ঐখোয় ভগবানগী লৈপাক্তগী য়াম্না

লাপ্পা লৈত্রে হায়বা য়াই। সংসারসিদা জীব অমা ওইনা পোক্লকপা মরমদগী ঐখোয় ভগবানদা মরী লৈনদ্রে হায়বা নত্তে, মরীচুদি মতম পুম্নমক্ত অচুম লৈ। জীবগা, প্রকৃতিগা অমস্তুং ভগবানগা লৈনখিবা মরীদি—লেপ্তদনা অচুম লৈ, করিগুম্বা মতমদা ককপা ঙমদে। থোক্লিবা থৌওংদি অসিনি— ঐখোয়দা মসিগী লৈনখিবা মরীসি লৈ হায়বা খঙদবনখি। মসি লেপ্তদনা লৈবা মরীনি, করিগুম্বা মতমদা ককপা ঙমদে, মতম পুম্নমক্ত লেপ্তদনা লৈবা মরীনি। মসি মতম খরগীদা ওইরগদি— অমুক হুম্না শমজিন্নবা য়াম্মোই।

ভগবানগা ঐখোয়গা লৈনখিবা মরীসি— লেপ্তদনা লৈবা মরীনি। অচুবু ঐখোয়না কাউই, খঙদে। অঙাং অমা পোকপা মতমদা থোক্লিবা মওংসি— মহাক লৈনরিবা মরীসি করিমত্ত খঙদনা থোয়ক্লে। অঙাং অমা পোকপসি— মরম শিশিং-লিশিং কয়াদগী ওইরকপনি, অমগা অমগা মরী তংনদনা লাকপনি। তৌইগুম্বস্তুং অঙাং অচুদি করিমত্ত খঙদে। মানা খঙলক্লিবসি— 'হকচাং অসিবু ঐনি'— হায়না হেক খঙবা মওংচুদগী— মাগা নকুন্নিবা খরা নত্তনা, জগৎসিদা করিমত্ত খঙবা লৈত্রে। 'হকচাংবু ঐনি'— হায়বা খন্নসি অস্তুকী মতিক কল্লি—মচুদি 'ঐ কদায়দগী লাকপনো' মপোকসিনা লোইয়ব্রা? 'তুংদনা করি ওইগদৌরি-বনো'— অসিনচিংবসি পুমকাউ কাউখ্রে, নীংশিংদ্রে। করিমত্তা খঙদবসি ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক থিবনি। তুংদা লাকদোবা মপোক কয়াগী মরমদা খন্না অমস্তুং খঙবা ঙমদবসিমস্তু হেন্দোক্ল

লাইরক থিবনি। লৈমন্নিবা মন্নী পুম্নমকসি পুমকাউ কাউথ্রবনি। তৌইগুম্বসুং পীকথ্রবা, থদংপা য়াদবা, শাংদোক-শাংজিন নাইবা, ভগবানগী মন্নী অমত্তং লৈ। মতৌ জ্ঞান্না (চিংনা) মপ্রত্নুনা মপোকুগী,—মশাগী অমুসুং পায়রা-শোকপা য়াবা পোংকা মন্নীসি তঙনদনা লৈ।

পুন্সি লোইরবা মতমদা প্রাণদু হকচাংদগী চিঙথাকনে। হকচাংদু তাহনা লৈহোয়ে। মহুবু ঐথোয়না 'শিব' কৌয়ে, থজনরে। শিরবা মতুংদা 'মৈ-শিংসিনা' মীদু য়াগী চংফম থোকপা পন্থুংফম তায় পুই। মৈশিংদু অমুক তৌফম থোকপা মথৌ তৌবা হোয়ে। মথোয়দি করিগুম্বা মতমদা অতেং-অথম্ লৈতনা থবক তৌবনি। কনাগুম্বনা চংনীংবা মফমদা চংলবসু লৈম্নিবা লম্-লম্ অতুগী আইন্না পুম্বগুম্না মহাক করিগুম্বা মতমদা আইন অতুগী রাংমদা চংপা য়াদে। মাইল লিশিং লাপ্না চংথোক্লে হায়রুনসু, লৈপাক্কুগী আইনগী রাংমদা পুমচং-চংপা য়াদে। মৈ মঙাসিগী থবকসু অতুগুম্বনি। চংখি-চংখিবা মফমদা মথোয় লৈরমগনি, মরমদি মথোয় য়াওরবদি করিগুম্বা অমত্তা থোকপা য়াদে। মৈ মঙা হায়রিবসি অতে করিসু নত্তে; জগৎ শেমনবা পুন্নমকী ওইবা আইন মঙানি। মরম অসিনা করম্না আইন অসিদগী ল্যাপ্পোকপা ঙমগনি? চংখি চংখিবা মফমদা, ওইনীংবা মফম ওইসনু, আইন মঙাসি অহুম্ লৈরমগনি। মওং করাদ পোক্লবসু আইন মঙাসিদগী ল্যাপ্পোকপা য়াদ্রাই অমসুং মহুমা পুম্নমকপু ঙমখে নাইবা মওংদা অহুম-থমগনি।

মশক মওং লাইবা মওং অমদা পোকপা হায়বসিবু হেক ওইরবদি ওইনীংবা মকম ওইসনু নিয়ম মচাসিগী মথাদা শোয়দনা লাকই। চথরকপা মওংস্থু চপ মাটে, মরমদি মৈ মচাসি মকম পুম্নমক্ত থবক তৌহনা লৈবনি।

শঙ্কাগী বিদ্যাসি শৃঙ্খলবা অমস্থুং মৈ মচাসিনা তৌরিবা থৌওংসি খঙদুনা মসিদ ধ্যান-ধারনা তৌহনা পুন্সি লেল্লবদি—মখোয়বু কর্ম্মগী মহৈনা পুন্নগী মাঙ্ঘোকই। মখোয়না মীওই মপোক্কী থাকসি মথং-মথং কাখৎলক্কুনা হেন্না ৱাংবা অৱাংবা থাক্কী লমদম্ যৌরকই। মমৈথংদা ব্রহ্মলোক নক্ত্রগা শেম্নীবা মপুগী লমদম্ যৌরকই অমস্থুং অমুক হন্না কুমথরক্তে। নক্ত্রগদি অমুক হন্থরক্কুনা—পোকপা-শিবগী লাংদা থুহনা লৈ। ঐখোয়না অৱাবনা থল্লবা সংসারসিদা অমুক হন্না—পোক্লমোই হায়রগদি—ঐখোয় শাগুম্না লৈবা য়াদে, শাগী মিংয়েংদা য়েংবা য়াদে অমস্থুং শাগুম্না জঙ্গলদা লৈরিবা মওংহৃদম্ব লৈবা য়াদে। 'ঐদি কৱিমত্তা খঙজদবনি হায়বসিনা সৃষ্টিগী নিয়মদগী মাঙ্ঘোকপা য়ামোই। 'পঙহনা তৌবনি, ঐদি কৱিমত্তা খঙজবা নত্তে' —হায়বসিনা—নিয়ম থুগায়রকপদা—দক্তি কংবদগী নাঙ্ঘোকপা য়ামোই। 'অজ্ঞান' হায়বসি—সংসারসিদা পোকপা-পন্না য়ারিবা, উরিবা পুম্নমকসি ভগবানমক্তনি হায়না য়েংবা ঙমদবা মিংয়েং অতুদবুনি, থবক্ত হৈবা হৈত্তববু নত্তে। কনানম্বু মসিগী জ্ঞানসি মপুং ফানা লৈবে হায়বসি হায়বা ঙম্বা মী লৈত্তবদগী ঐখোয় পুম্নমকসি পোকপা-শিবগী লাংদা থুহনত্তা লৈবত্তম তৌই। জীব

অমমমগী য়ায়া অরাবগী মশক ওইশ্রবা কীভমসি।—মসিগী মথন্দা —চেপ্টর অসিগী— লোইরমদাইদা থরদং মৈনরকথিগবি। তৌইগুম্বস্নং মরাইবক ফবা—ভগবানগা মী অমগা মৈনরিবা মরীসি খঙহনবা ভগবাম্না থৌজানবিরবা মীহুদি অমম্বং পঞ্চাগ্নি বিদ্যাগী তাক্লিবা মওংদা ধ্যান তৌরগদি—ভগবানগী থৌজালনা অরাংবা থাক্কী লম্বদমদা, দেবযানগী লম্বীদা নত্রগা উত্তরায়ণগী লম্বীদা পুথংগী। লম্বীসি অমম্বা মৈতবা পুমওান ছাম্বা লম্বীনি।

অর্চিরাধি-মার্গ নত্রগা দেবযান—লাইগী অরাংবা লম্বী, স্বর্গগী লম্বী নত্রগা জীবনা সংসারসিদা পুন্দুনা মৈরম্বদগী অরাম খুভম ফংহনা চংলনবা লম্বী তাকে। অম্মুম্না ধ্যান তৌরবা মী, শেংলবা জ্ঞানগী লম্বীদ চংলবা মী, উপনিষদ অসিদা তাক্লিবা, মৈন-রিবসিগী মনুংগী ভাবসি মুম্না খঙহনা সাধনা তৌরবা মী মৈনরিবা জ্ঞান অসিদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা থাজহনা 'তপ' তৌরবা মী —মথোয়হ শিরবা মতুংদা 'মৈগী' (অগ্নি) গী লাইমৈপাক য়োই। অহদগী অমুক্কা হেন্না য়াংথংপা মকম—অমম্বা মৈত্রবা, অয়ুক মুংথিলগী অঙানবগী লমদা পুথংগী। মসিনম্মু লোইত্রি—মথংদা অমুক্কা হেন্না য়াংথংপা লমদম্—থা পানথংলকপগী মঙাল পীরিবা ল্যাইগী লম য়োই। মথংদা উত্তরায়ণগী—মুমিংনা থা তরুক অরাংলোমদা হাইগংলুক্কুনা মৈরবা মকম য়োই। মথংদা চহীবু য়ারেল্লিবা লাইরেম্নগী লমদম য়োই। মথংদা মুমিংকী লম য়োই। মতুংদি, চংল্লিবা জীবগী য়াম্না মরুওইবা, মতম থম্বা, জীবহুম্না মাগী লামনবগী লম্বীদা পোথাহনা মৈবা মকম্নি।

মথংদা জীবশিংনা অমুক হেক্লা কুপথ্রবা, ঈংথ্রবা প্রাণী মঙ্গালগা পান্দম্নবা মাবা, হেক্না বাংবা মকুমদা চংলি অমসুং মকমত্তুদা ভগবানগী ওইবা ঈংথ্রবা মুংঙাইবত্তু কংই। মথংদা উপনিষদনা কৌখিবা— ভগবানগী মহুংশিন্না নোংথাংঙুম্না লংবা লমদমত্তু য়ৌই।

ঙাল্লিবা লংলবা মঙালসি নোথাংগী মঙাল মত্তে, ভগবানগী অশেংবা মশক্তী মঙালনি। মতাং অসিদা ঐখোয়, ঐখোয় পূম্নমকপু শেম্বীবা ভাগবানগী শীমানা য়োরে। মকম অত্তুদা অঙকপা ফংলবা মঙাল ঙাল্লকই অমসুং ঐখোয়না 'ঐ' হায়না খল্লসি লোইদোয়ে। মকম অত্তু হেক য়ৌরদা ঐখোয়না হোংদ-রম্বা পূম্ন'কসি – তোকখয়ে অমসুং জীবসি ইতোপ তোপ্পা মাইন অমগী মথাদা লাক্লে অমসুং মীওইবগী শক্তিগী মাংমদা লৈবা শক্তি অমা লৈরক্লে। হায়নীংঙাই লৈতবা শক্তি লৈবা মী অমনা— "অমানভ'পুরুষ" মকম অসিদা থবক তৌই। মকম অসিদা ভগবানগী শক্তি লৈরবা মী অমা লাক্লে, মানা মংবু মশক খঙলমই অমসুং মুংশিনা হায়রমই— 'য়েংউ! লমহৌল্লি হায়রুনা তাল্হে'কথ্রবা নচাত্তু হল্লকে।' মশীং নাইত্রবা চৎপী শিংশিং কয়া মাকুরবা মতুংদা, — তাল্হোক্লুরবা মচানা জ্ঞান তাকহুনা ইল্লক-পত্তুদা লাইশিংগী মুংঙাইজরগী ওন্থৈ লৈতে। লাইওম্লবা-মীশিংনা ( super-human being ), নংগী মথুং, তায়রবা-মঙালগী লম্বীদা চিংবিগনি অমসুং মথং-মথং অম্মুন কাখৎলকপনা

মতু'দা ভগবান মশাগী নৈকম 'ব্রহ্মলোক' তাম্না চিংবি। মসি মঙালগী লম্বীনি, অয়ান্-থূতম কংননবা মীংতম্বা লম্বীনি।

তৌইশুম্বম্নুং মীনা অসিগুম্বা ভগবানগী ওইবা সাধনা অসিদা নৈবা ঙমঝবা, সাধনাগী পুন্সি ওইহন্দ্রবা, জীবগী অৱাংবা সত্তা (অচুম্বা) অসিবু খঙদ্রবা— অতু ওইরগদি— মী অতুনা বেদ-শাস্ত্রদা য়াম্না থাগৎলিবা, অঙবা থবক কয়া তৌরবা, মীগী ফম্ননবতা থল্লবা, দান কয়া তৌরবা, 'ইষ্ট-পূর্ত্ত' হায়না খঙনবা সমাজগী কয়া কামনবা তৌরবা— অসিগুম্বা মীয়ামগী, সমাজগী, নৈপাক্কী কয়া কামনবা তৌরবা মীশিংহু— মীয়াম্না মখোয়দু য়াম্না অফবা মীনি হায়না খঙনৈ, তৌইশুম্বম্নুং অঙানবা— 'দেবয ন' কৌবা লম্বীসিদদি চৎপা ঙমদে, মখোয় থাগী লম্বী— 'পিতৃমার্গ' দা চৎলি। মসিবু মৈথুগী লম্বী (ধুম-মার্গ), অমুক চন্দ্রক-কদোবা থা-থংবা লম্বীদা চৎলি। মসিহু লাইশিংনা শীন্বা লম্বীনি।

মৈথুগী লাইরেম্বীনা ঙাকপা লমদগী জীবশিংনা অহিংগী লাইরেম্বীগী লম য়ৌই। মহুদগী অমম্বা থাথায়গী লম য়ৌই। মথংদা সুমিংনা থা-য়োমদা চৎথিবা— দক্ষিণায়নগী থা তরুক্কী লম য়ৌই। মহুদগী কঙ্গি খোক্লে? জীবহু চহীগী ৱায়েম্বা লাইরেম্বীগী লম য়ৌবা ঙমদে। ৱাকমসি খোইদোক হেন্দোক্লা পল্লিবনি। মৱমদি— মসি অঙকপনি, খোইদোকপা মগুংনি। কঙ্গিগী জীবহু চহীগী লমদা য়ৌদ্রিবনো? মসিগী অকেন্বা অম্বা নৈয়ে। থা তরুক্কী লমদম অসিনা লম্বী অনিসিগী

থায়নকম লৈথায়দি। লমদম থরদদি পুমা চংখিনরগা মতুংদা ঙখোয়রসি কায়রক্লে। অমনা অন্তাংলোমদা চংল্লে ; অমনা থা-য়োমদা চংল্লে। তিমকমসি চহীগী লাইরেম্বীনা য়েংবনি তৌই-গুম্বন্মুং থা-গী লমদা—পিতৃযানগী—লমদা চংপা জীবগদি উনদে, খঙনদে।

থা-তরক্কী লমদগী জীবসিনা—মপা-মপুগী লমদা চংলে, সুমিংকী লমদা চত্তে। মতুংদা অহাংবা আকাশকী লমদা চংলগা মতুংদা 'থা' গী লম চন্দ্রলোক তাম্না চংল্লে। চন্দ্রলোক্তা হায়া লৈরম্বা লাইশিংগা চপ মান্ননা নুংঙাইবা, খুদোংচাবা ফংই। তৌইগুম্বন্মুং পাশ পায়বগুম্না ( visa-holder ) লমচুগী মীদি নগুবনিনা অমুক হন্না তারকই। মখোয়সি মপোক্কী ওইনা লাই ওইনা পোক্লকুবা লাইশিংচুগী মথা পোম্না লৈ। ভগবানগী লৈশেমদগী লাই ওইচুনা পোক্লকুবশিংগা, কর্ম্ম অকবা কয়া তৌরক্কুমা, দান কয়া তৌরক্কুমা মতম থরগী লাই ওইরকপচুগা খেয়ে। মখোয়দি মানা মাবা অকবা তৌরকপদগী মহৈচু হেক লোইরগা জীবচু অমুক হল্লকপা তাই, লেঙননা মকমচুদা লৈবা য়াদে। মখোয়সি থরা হল্লবা মওংগী লাইনি। মফম অসিদা লৈবগী নুংঙাইবা, খুদোংচাবা থরা ফংলবসু—লেঙদবা লমদম অসিগী প্রজাদি মখোয় ওইবা য়াদে। মানা মাবা তৌরকপা অকবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না লৈরম্লিবা লাইশিংগা চপ মান্ননা খুদোং চাবা থরা ফংলুবদনি, মহৈচু লোইরগা অমুক হন্না তাবনি। মতম অচুদা মহাকসি নংমা ওইরম্বা হোল্লবা জীবচু অচুম ওইরে,

হায়া চংখিবা লম্বীহুদা কখিদকা কায়দনা হল্লকপা তাখি। মমম অসিনা য়াবা মানা তৌজবকপা কর্ম্মগী মহৈদা মতম পরম লাই ওইরবস্থ সৃষ্টিদগী ওইবকপা লাইশিংগা য়ামনা থক য়াদে। অস্থুমক হায়রৈ — মত্তুদি জীবশিংহু নৈরম্লিবা লাইশিংহুগী চিজ্জাক্কি মখোয়গী মথ্য থাবনি, কখিগুম্বা মতমদা মখোয়গা য়ামনা য়াদে। ঐখোয়-ঐগ্লোয়না তৌজখিবা অকবা, কর্ম্মগী মতুংইগ্না মতম থম্বা নৈবা য়াদবনি, লেঙদনা নৈবা য়াদে। কর্ম্মগী মহৈ লোইরগা চংখিবা লম্বীহু ইকায় কায়দনা অমুক হন্থরকই, থুনা অমুক কুমথরকই। জীবসিনা অহান্বদা মানা মাম্বা কাথংখিবা আকাশতা তিল্লি। মথংদা মুংশিংকী লমদা য়োয়কই, মকম অসিদ মহাকসি য়ায়া কুপ্লবা মওংদা ফোঙদোকই। মতুংদা মৈখুগী, অমংবা নোংগী অমস্থং নোংগী লম য়োরকই। চথরক্লিবা নিয়মসি — ঐখোয়না অস্থুম্না থঙনৈ।

পোকপা শিবা নাইবা সংসারদ হন্থরকদোৱবা কাঙবুহ য়ায়া কুপপ্রবা মওংদা হকচাং অমগা লোইননা প্রকৃতিগী ওইবা নিয়ম গুপকায় কায়দনা মথাগী মওংসিদা হন্থরকই,— মত্তুদি— আকাশ, নোং অমংবা, নোং অমস্থং চিজ্জাকশিংগী মনুংদা মরুওইবদি — হঙ্গাম মরু, বালি, হৱাই-থয়াক্রুচিংবা, চেঙ, কো, যব (য়াম্) মনা-মশিং, পাম্বী অমস্থং উ-বা। চিজ্জাকশিংগা করম্না তিমপ্রিবনো হায়বসি য়ায়া অঙকপনি। প্রকৃতিগী ওইবা পোংশিংসিগা হায়নীংঙাই নৈতনা কুপপ্রবা মওংদা পোংশিংসিগা তিমখি হায়না

জীংখৈ। মতুংদা — চিজাকা লোইনবা মখোয় ঐখোয়দা চঙলকই অমস্তুং হায়রগী নিয়ম অমত্ত কায়দনা 'পোকপা' হায়বহু খোল্লুয়ে।

তোঙান তোঙান্না জীৱশিংহু মানা মানা তৌজবিবা অকবা কর্ম্মগী মহৈশিংহু চাবা লোইরগা অমুক হন্না কুমথরক্লে। জীৱশিংহু কুমথরকপদা থেংনক্লিবা থাকশিংহুগী মওংদু অমত্ত কায়দনা হল্লকই। উপনিষদ্‌না তাকপী — মতুংদি তাকল্লিবা হিংবা অহিং অসি কনা অমত্তনা নাম্থোকপা য়াদে, ওমদে। ( অত্ত বৈ খঙ্গু চুর্নিস প্রাপত্তয়ম্ )। অকোমবগী থাক — চিজাক্ত হেক চঙবিবদগী মতুংদা কমি খোল্লুগদগে হায়বসি কনা অমত্তনা হায়বা ওমদে, ভগবানদি মসিগী অথূপ্পসি খঙলম্বা য়াই। জীৱগীদি মাগী রাখলগী রাংমদ — নৈদ্রে। মসি য়াম্না চক্রি থাংলবা কীভম্নি। জীৱসি কদোমদা তাগদৌরিবনো, মায়কৈনা কদোমদনো কয়ম্বা মমাগী থাউদ চঙগদৌরিবনো, কয়ম্বা মথলগী জীৱ ওইগদৌরিবনো — কনা অমত্তনা হায়বা ওমদ্রে। কর্ম্মগী 'থবক' — মহৈগা ( action & Reaction ) কনা অমত্তনা খঙবা ওমদে। কুমথরক্লিবা জীৱসি থাক অসি য়োরকপদদি — নৈক্রবা মকম অহগা পুমত্তিন তিনশিনদ্রে অমস্তুং মপা ওইগদৌরিবহুদা চঙক্রগদি — মহুপা অমত্ত ওইদ্রে, মমাগা অমত্তা ওইদ্রে; অমস্তুং মানা পোকলুগদৌরিবা মমা-মপাগী সন্তানগী মওংহুংগদু অমত্তা ওইদ্রে। মীগী মপোক ওইরগদি, - মতু দা অস্থুম্না হায়বা খোল্লক্লে — 'মসিনা ঐক্লী ইমানি, মসিনা ইপানি, লন-থুমসিনা ঐগীনি' — অসিনচিংবা।

মথক্ত খোকপ্রিবা খৌদোক পূম্নমক পুমকাত্ত কাউখোকপ্রে। অপোংবদি মহাক পাক-চাউপ্রবা লম অমদা লৈরম্বনি, অতৈ লমগী জীবগা (লাইশিংগা) মরূপ ওইরম্বনি, ভমখৈ লৈত্রবা লমগী প্রজা ওইরম্বনি। অসি পুম্নমকসি পঙপ্রবা শাখা অমগী মতৌগুম্না, মখোয়গী হেমা পঙথৗংঙাই লৈভবগী মওংদ কাউ-খোকপ্রে। মলাকসি পীকপ্রবা লমদমগী খুঙ্গং অমগী ইন্না কুপ্পা মুখ অমদা লৈত্নবা—'মসিনা ঐগী মুম্নি, ইখোলনি'— অসি-নচিংবা হায়রুবা লৈবা হৌরকই কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদবগুম তৌপ্রে। উপনিষদনা হায়— 'মসি য়াম্না অরাবগী মশক্তি'। মতুংদা করি থোক্লে?

অকবা থবক তৌরকপা মীশিংনা ইরাক-কৈরাক খুন্না ইমুংদা পোক্লে। মসি কর্ম্মগী নিয়ম্নি। মুংঙাই য়াইকবা, মনীং-তম্বা, অপেম্বনচিংবা মপোক অসিদা ফংলম্রিবা মীশিংসি, নহালমুক্কী মপোক্ত য়াম্না দান, ধর্ম্ম তৌরকপা—থোইদোক হেন্দোক্না মশাগী ওইরবা তাঞ্জবা, নিষ্কাম কর্ম্মদা থবক তৌরকপা মী মক্তনি। অচুক্কী মতিক দান তৌরগা অচুক্কী মতিক য়াম্না হেন্না মহে ফংই। মসি কর্ম্মগী এক্নন অমম্বুং রিএক্সনি। নঙনা পীথোক-খিদবা পোং নঙনা ফংবা য়ারোই। নহালমুক্কী মপোক্ত নঙনা মীগী মুংঙাইরবা তৌথিত্রবদি হন্দকী মপোক অসিদ মুংঙাইবা ফংগে য়ারোই। নঙনা য়াম্না অরিকপা, ময়াম্না মুংঙাইজগ-দৌবহ্—নঙনা হেক লৌশিন্না অমম্বুং খশা নথম্না মুংঙাইনবা লাক্লবা, অতৈব্না অরাবা খুদোংথীবদা থম্না, তাহন্না— মহুনা

মঙগী মপোক অমদা মরাইথক ওইগদৌরিবনি। মহাক অরাবা, খুদোং চাদবহুদা থেংনগদৌরিবনি। মপোক অমদা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না—মপোক অসিদ চাক্কি-ফিনিবা, চানীংঙাই—লৈত্তবা ওইবা য়াই। মপোক অমদা মীগী মপোং নমহুনা লৌরকপদগী মপোক অসিদ করিমত্ত লৈত্তবা য়াই। মঙনা দান তৌগম্না, মীঙোন্দ—পীজনীংবা, মপুকচেল চাউরবা, নপুক কররবা, রাঙাঙ-রাতাস্ম ফজবা, মীগী অরা-অনা খঙবা ওইরক্লবদি—মপোক অসি শোইদনা মুংঙাইগনি। মীঙোন্দা দান তৌখিবা অতুগী শরূক কয়া হেন্না মপোক অসিদ মুংঙাইগনি। মীঙোন্দা দান তৌখিবা অতুগী শরূক কয়া হেন্না মপোক অসিদা ফংগনি। মীবু মুংঙাইহল্লকপা মীনা মপোক অসিদা মুংঙাইগনি। ঐনা ঐনা তৌখিবা কর্ম্মগী মহেহু ঐনা অতুম ফংবা তাবনি। মীঙোন্দা মুংঙাইবা পীরগা—মুংঙাইগনি, অরাবা পীরগা রাগনি। মরম অসিনা নঙনা পোক্লবা মওং, পোকফম—ফীভম পুম্নমকসি—নহালমূক্তা মপোক তৌখিবা কর্ম্মগী মতুংইন্না ফংবনি। কর্ম্মহু ম্রাম্না ফত্রগদি শা ওইনা পোকপা ফাওবা য়াই হায়হুনা উপনিষদনা হায়রি। অসুম্না করিগুম্বা মকম অমদা মত্রগা পৃথিসিদ পোক্লিবসি—নিয়ম অসিগী মতুং ইন্বনি। পোকপা-শিবগী চক্রেগী কাংথোঙ-গুম্বা সংসার অসিদা জীবনা লৈদূনা লৈ, অমুক কাথংলি, অমুক কুমথরকই। অমুক হন্না কুমথরক্তনবগী লম্বী অমথক্তমক লৈ—অহুনা চৎলগদি অমুক হল্লক্রে। মহুদি মথক্তা নৈঅগ্রিবা দেবযান মার্গনি। অতৈ লম্বী পুম্নমক্তি অমুক হন্থরকই।

অৱাংগী লম্বী ( দেবযান ) নত্রগা খাগী লম্বী (পিতৃযান) নত্তবা ইতোপ-তোপ্পা মপোক অমগন্ন লৈরি হায়ৰুনা উপনিষদনা হায়, মহুদি ভীল-কাঙ, হয়িং, কৌমেং-হাম্বো, মৈরাঙ্গীনচিংবগী মপোকশিংসিনি। মখোয়সি নিংকুপ থরদং, পুং থরদং হিংলম্নগা লিবা য়াওরি। নোংজুপাগী মতমদা পাখি কোমখি, অচোংপা মকমদগী ভীল-কাঙ, মৈরাঙ্গীমচিংবা কয়া পাইখৎলকপা উগনি। মখোয়হু মতম থরদং, পুং থরদং হিংলম্বনি, মহুদগী হেক্ত শি। মসিনা মপোক মথল অমনি। পোকপা হায়বসি অৱাবগী মশক্তি। মখোয়গী মপুঙ্গিসি অম্বুকী মতিক তেল্লি, মহুদি পোকপগা শি হায়বা কাওবা য়াই। অৱাবগী মশক্তি; মসি ঐখোয় পুম্নমক্তা উমরিবনি। মসিনা মপোক অমগী লম্বীনি। খা-ৱাংগী লম্বী অনিসি মত্তবা অহুমগুবা লম্বীনি।

কৱিগীদমক পৃথিৱিসিদ পোক্লক্লিবা ময়ামসিনা পীক থক্লিবা, অহুগা অতোপ্পা জগৎতুমস্থ শিগ্রিবা ময়ামসিনা থক্লিবা কৱিগীনো? পোকপা-শিবা হায়বসিনা সার্কল অমগুম্না লৈদুনা লৈবনি—হায়বসিনা মসিগী পাউথুম্নি। মখোয়সিনা অতৈ লম অহুদা অমুক চংলি, মহুদগী অমুক হন্দুয়কই। অম্তুম তোহুনা জগৎসি কৱিগুম্বা মত্তমদা থম্লে, পাখোক্তে।

উপনিষদনা তাকপী— ‘মসিগী মহিংসি ভুকচবগী মশক্তি, পাক্লোইদৌবনি। অসিগুম্বা অথলগী মহিংসি ওক্লে হায়বা থমগদৌবনি। খন্দুনা য়েংসি—‘ঐখোয় মত্তম পুম্নমক্তা ঐখোয়না কৱিমত্তা হায়রুবা য়াদবা, ভমদবা আইনগী মথাদা লৈরিবনি,

থুনক থুদক্ত করিগুম্বা খুদোংথীবা— অমা মতম পূম্নমক্ত থোকপা য়াবা কীভয়ি। মথংগী মিংকুপ্তা কপ্নি থোক্লদগে খঙদবনি। অসিগুম্বা কীভমসিদা— মসি মুন্না খঙলবা মী কমানা লৈনীংগ-দৌম্বিবনো ? অসিগুম্বা মখলগী পুক্নিসিদা ফিংনীংদুনা লৈনীংকম থোকগ্রা ? মতম পূম্নমক্ত খুদোংথীবা থোকপা য়াবা অসিবু— হিংবা কৌবা য়াব্রা ? ওহ্নোকপনি, জগৎসিদা হিংলিবা মহিংসি— অরাবগী পুক্নিনি।

অজ্ঞান্দগী অমুক হেন্না 'অপাম-পামদ' য়াম্না খল্লকপদগী অমুক হেন্না খুদোংথীবা পী অমম্তুং মতুনা পোকপা-শিবগী লাংসিদ অতুম থুহুনা লৈ অমম্তুং মমৈদা অরাবদ থেংনৈ। মরমসিদা লোইশিম্নদা অস্নুম্না হায়— 'ধ্যান-ধারনা ভৌহুনা পুক্নি লেল্লবা মীতুমদি আইন অসিনা শোকপা ওমদে।' মসিমক্তং উপনিষদনা তাকপীবা য়াম্না পোথানকম ওইবা লোইশিম্বনি। আইনসি খঙত্রগদি আইনদুনা মখোয়দা শোকই। আইন হায়বসি করিনো খঙবা মীদদি— আইনদুনা শোকহন্না ওমদে, অরাবা পীবা ওমদে। আইন পুম্নমকসি অসিমক্তনি। লৈপাকী আইন ওইবা য়াই, 'ইলেক্ট্রিকী, কো-ওপরেটিভকী, জীবগী আইন' ওইবা য়াই— আইনদুগী মখাদা লৈবা পুম্নমক্ত আইন অতুনা পুক্নি। আইনদুনা ভৌম্বিবা মওংদু খঙদবদগী— আইনদুদগী খুদোংথীবা ফংবনি। আইনদুনা ভৌম্বিবা মওংদু মুন্না খঙলগদি—আইনদুদগী অরাবা ফংদে, খঙদবদগী অরাবা ফংবনি। লুম্বিবদি-জগৎকী আইনসি কয়ম্না থবক ভৌবগে হায়বসি ঐথোয়না খঙদে। মরম

অসিনা ঐখোয়না আইন অহুগী মতুংইন্না লৈবা ওমদে। খওবা আইনহু কয়না ঐখোয়না আইনহু ওাকুনা লৈগদৌরিবনো ? মরম অসিনা পওবা হায়বসিনা ঐখোয়গী মরুওইবা খুদোং চাদবনি, অরাবনি। অতে সংসারগী অরা-অনা পূম্নমকসি আইনসিগী মখা পোয়নি। জগৎ পূম্নমকী ওইবা অহুবসি খওবা মীদনা প্রাণকী থবক তৌদবদগী— অর-অনা অসিদগী কোকপা ওমই।

হৌজিক মফম অসিদা— 'অসি খওবা মীনা'— হায়রুবা থিন্দুনা ভাকপগী মওংদা, মরুওইবা অমা খওহন্নীংবগুম উপনিষদনা হন্না-হন্না হায়রি। ঐখোয়না অমুক হন্না হায়রি—মহুদি— 'মসি খওলবা অসিনা'—হায়বসিনা ভাক্লিবদি—'উপনিষদতা ভাক্লিবসি পারবা'— মত্রগা 'মুন্না পারগা ভাক্লিবসি কন্নিনো খওলবা'— হায়বা মওংসিগী অর্থ শুকনং-নত্তে। উপনিষদনা ভাক্লিবদি— 'জ্ঞানসিমক হিংবনি'— (knowledge itself is life ) হায়বহুনি। পুন্সিসিমক জ্ঞান্দুনি।' অমুক হন্না উপনিষদনা থিন্দুনা ভাকপীবা পান্নিবসি— 'জ্ঞান্দুমক হিংবা' হায়বসিনি। অন্থুন্না 'খন্না' মওংসি কাউবা য়াদে।

''জ্ঞানসি থরায়নি, জ্ঞানসি হিংবনি, জ্ঞানসি 'লৈবা' হায়বহুনি, ঐখোয়না ওইরিবা কীভমসিমক জ্ঞান্নি। মরম অসিনা ঐনা তৌগে নীংবা ফীরেপ্তুগী মতুংইন্না— তুংদা ঐহাক মহু ওইরু-গদৌরিবনি। নওনা লেপ্প ফীরেপ্তুগী মতুংইন্না নওনা তুংদা মহু ওইরুগদৌরিবনি। মফম অসিদা ভাক্লিবা জ্ঞান অসিগী মতুংইন্না হিংলবা, ( wisdom) না থন্না লৈরবা, মসি খওবদগী

চোংথোরকপা লংলবা বৈদিক মরাম্না নত্তগী পুন্সি ওইরবা; জ্ঞানসিনা 'হিংবা হায়বহুমক ওইরবা, মশাসি জ্ঞান্দুনা শাবা ওইরবা'— অদু ওইরগদি মতম্বু কর্ম্মনা পুন্না হায়বদু ওইরোই। অগংকী আইম্না মত্তবু শোকহন্না ভম্লরোই। মথৎদি শেম্লিবা, চংনরিবা আইনশিংসি – মথেগী অরোইবা অশেংবা জ্ঞানসি জ্ঞানভবা ( ultimate reality ) শেম্না নিয়ম মতুনি। মথৎ অসিন ঐখোয়না ভগবানগী ওইবা অশেংবা জ্ঞান অসিদা চত্তশিল্লিগা থাক অদুগী মথে নত্তনা— কর্ম্মগী আইন্দগী নাম্থোকই। মথমদি শেম্লিবা, চংনরিবা আইন পুম্নমকসি অশেংবা ভগবানগী ওইবা প্রকৃতিগী আইনদুদা তাবনবা শেম্না নিয়ম মতুনি। মথম অসিনা অশেংবা ভগবানগী আইন অদুদা নশা-নশানা চত্তশিন্না ভম্লিবা অদুকী মতিক 'কর্ম্মনা' পুন্না আইন্দগী নাম্থোকই। অগত্ত ঐখোয়বু পুন্লিবসিগী মমিং 'কর্ম্ম' হায়না কৌরমে। নিয়মসিগী মথাগা ঐখোয় পুম্নমক লাকই। ঐখোয়না প্রকৃতিগী ওইবা নিয়মসি থত্তদনা অজ্ঞানা কূপতুনা লৈরিবা মথেদি খোদোক খুদিংদ, মী খুদিংদ আইন অসিনা পুন্লি, নাম্থোকপা ঙমদে। নিয়মসিনা নত্তবা থত্তবা চাংগী মতুংইন্না নত্তবু পুনগনি। থত্তজবা থরদু মত্তনা ইল্লবা অদুগী চাংদুগী মথেদু নহাক আইনসিনা পুন্দগী নাম্থোকনি, মনীং ভমগনি।

মরম অসিনা 'বৈ-মত্তাসি' মশক থত্তবা মীনা 'মনীংভম্না'— কংগনি। ঐখোয়না পুন্সিদুন্না 'সাধনাদ' লৈত্রগদি বৈ মত্তাসি থত্তবা য়াম্না লুই। পুন্সিদুন্না সাধনাদ লৈবা ভাবনি। জ্ঞান

থম্বিগী মতুংইন্না ঐখোয়না পোৎ শুদিংদা মতং-মথক বৈতন্না ঐখোয়গী থিংয়েং থম্লকপা তাই। ঐখোয়গী সাধনাসি মতম পূম্নমক্কী ওইবা মওংদা তৌগদৌরবনি, তাইহাক্তং থিং উইগদ্রগা লৈবা মওংগী সাধনাচুম্বা নত্তে। ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি মওংসিনক সাধনা ওইগদৌরনি। পোৎ অমা উবদা— থিংয়েং ন্যাসিগী মতুংইন্না খেংবা তাবনি, করিগুম্বা অমা থবদা নত্তী লোয়নগী মুক্তমচু অসিনা ওইবা তাই। উপনিষদবা তাকপীরিবা মওংসিদা হিংবা গুম্বদি—চুমগী খী অতৈনা ওইরিবা, হিংনরিবা মওংচু মহাক ওইরবনি। পূর্ণি হিংনবগী মওং পূম্নমক্কু জ্ঞান অসিগী মথাদ লাক্লবনিনা মহাক নওগী 'থরাম' চু মনীংতম্বা হায়বচু ওইরবনি, সংসারগী অপূর্বদগী নাম্থোক্লবনি। উপনিষদনা তাকপী— 'মন্না করিগুম্বা থানীংদবা মওংগী সমাজদা লৈবা তারবস্থ'— নত্তোন্দদি করিমত্তা শোকহম্বা তমদে, মরমদি অচুম্বা মীচুনদি মাগী চুনদবা শকুদবা হায়বা পোৎ লৈতে। নিয়মসি মতৌ মীদদি - প্রকৃতিগী নিয়মসিনা ওইরকপা মওং পুম্নমক্না পুম্না লৈমিনবা অচুম ওইখি।

প্রকৃতিগী নিয়মসিনা ঐখোয়না পাম্ব-পাম্বদবা অনি থোকই —হায়না হায়নৈ। সাধনাসি তৌবা মীনদি প্রকৃতিগী হেন্দোক-হেজিন তৌবা মওং থুদিংদা অচুম চুশিন্নবা তৌবা ঙমখি। অচুম তৌচুনা ঐখোয়গী অক্ষোয়বদা লৈরিবা প্রকৃতিগী ওইবা হবা-পানিগী— করিগুম্বা মওবা মরতনা মখোয়চু শোকহনবা ঙমদে। শোকহনবগী মতুম্তা মখোয়না লৈরিবা মথমহূগী

হৰা-পানিঙ্ — চুরনবা ওলহল্লা য়াই, ওয়ই। মসি খঙবা মীহু — অচুম্বদা চংপা, জীবগী — মীয়ামগী করনবদা নিষ্কাম কর্ম্মদা, থবক তৌবা মীবনা কংবা অরাংবা থাকী লমহু য়োবা ঙমই।

( যঃ ইবম্ বেদ — অসি খঙবা মী )

পঞ্চাগ্নি বিদ্যানা তাকপীরিবা অসি শরুক থরুদি য়াংশ্রবা সায়না মথল অমা তাকপনি, — মহুনা ঐখোয়না লৌকিক হিংলিঙৈসিদগী প্রকৃতিগী আইনা পুম্বা ঙমদনবা অমম্ভুং শিরগন্থু মমৈথংদা অরাংবা মকয়দা চত্নুনা অয়ান্-থুডম য়ংবা ঙমই। অময়োমদনা বিদ্যাসিনা তাকপীরিবসি — 'হিংবা' — হায়বসিমক অরা-অনানা থন্ননি হায়বসি তাকপী, খঙহল্লি। মুম্না খন্থরগদি — প্রকৃতিগী তৌরিবা খুদিংদা ফাগীগুম্বা-মুংঙাইবদা লোইবা মওংম্ব কয়া য়াওরি। 'হিংবা' হায়বসিমক অরাবনি, পুক্নিসি অরা-অনংনা থল্লি। মরম অমদি পীরি — মহুদি ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা অজ্ঞানান্দ লৈবদগী অরা অনা থেংনহুনত্রা লৈবনি। অশেংবা জ্ঞানদু ফংলবদা জীবনা পোকপা-শিবগী লাংগী য়াংমহু লাম্হোক্কুনা অশেংবা মমীং-তম্বগী মুংঙাইবহু ফংবগী মঙ্গলহু থাগত্নুনা উপনিষদনা কয়া হায়, অময়োমদা নিয়মহু খঙদবা অপঙবা মীনা, প্রকৃতিগী খোঙচংকী মিংকুপ খুদিংদা তম্বা ঙমদবা অরা-অনা কয়া থ্যঙকম খঙদবা অরা-অনাদ তাঙৈহনা পুন্সি লেল্লি।

## বৈশ্বানর—জগৎকী অমত্তা ওইবা 'ঐ'

ঐখোয়না পঞ্চাগ্নি বিদ্যাসি নৈমন্নকপা মতাংদা— প্রকৃতিগী ক্রিয়ামসি, খঙদবা-মীনা খাঙকম, খঙদবা অরা-অনা কয়া কংই হায়বসি হায়রে। লাম খঙবা, অপাম্বনা লায়া লমজিংহনা ঐখোয়বা অজ্ঞানদগী অরা-অনা কয়া কংই। অপাম্বনা লমজিংহনা ঐখোয়বু বাখল-কীরেপ চুমহন্দে, মসিদগী ঐখোয়না— পোকপা-শিবগী হন্দোক-হঙ্গিন চংপা লাংদা থুহনা লৈ। কোক্লনবা পাম্বৈদি—প্রকৃতিগী মনুংগী নিয়মসি মুম্না খঙমনবা অকম্বা সাধনা তৌয়বতদা কোকপা ওমই, জ্ঞান-ইন্দ্রিয়শিংনা তাক্লকপা অপাম্বনা য়ুক্তম ওইবা বাখলনদি কোকহন্না ওমদে। মী অমগী পোকপা-শিবগী, পোক্লনবা চথম্বিবা নিয়ম, অপাম্বনা ইনশিন্দুনা কর্ম্ম তৌহন্না, অচুম-অয়ান্ তাকপীরিবা ঐখোয়গী জ্ঞানবু— হকচাং মনুংদ কাজিল্লগা জীবনু অয়াম্বা তৌহন্না— অসি পূম্নমকসি জীব অমবু পুন্দুনা থম্বগী মওংনি।

হিংবা হায়বসি পুম্বা মখল অমনি। মুম্না খঙ্গনগদি জীব অমমম্গী পুন্সিসি— অজ্ঞানদগী লাংগুম্না কাজিন্দুনা থম্বা তেলগুম্বনি। মসিদগী কোক্লনবা পাম্বৈ পোয়দনা লৈকম থোকই। লাং অসিদগী সাম্থোক্লবা, মনীংতম্বা লম্বী অমত্তা লৈরব্রা? কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মগী মহৈবা ( cause & effect ) পুন্দুনা থম্বা— পোকপা-শিবগী লাংদ ঐখোয়বু অসুম পুন্দুনা থম্নগনব্রা? পুক্নিদা থোক্লিবা থৌদোক কয়াসিগী আইনসি ঐখোয়না খঙন্নু খঙদে,

লাকিশিন্নবগী পাম্বস্ থৈলে। অহুম উপনিষদনা পঞ্চাগ্নি বিদ্যা নৈনয়বা মতুংদা জীবসি মনীংতম্নবা অমস্তুং পোকপা-শিবগী লাংদগী নাম্থোক্কবা অনৌবা লম্বী অমা তাকপীখ্রি। ফাওরবা মসিগী সাধনা মথলসিবু— বৈশ্বানর বিদ্যা হায়না খঙবে। মসি ঐখোয়না খঙনবা তাকপীবদা ফুংঙাইরবা রাম্বী অমা ওইনা হোই।

বিদ্যাদ য়াম্না চঙখোল্লবা, সাধনা কল্লবা, যজ্ঞনচিংবা নীংথিনা কংপা শিংলব নিপা মঙাখক লৈরমই। তোইঙুম্বস্তুং মখোয়না তৌরিবা সাধনাহুগী অরোইবা, অশেংবা পন্থুংকমদি মখোয় মুম্না খঙদে। ইকায় খুম্নকম ওইরবা নিপা মঙাহুগী মমিংদি :—

১। প্রচিন্নশল উপমৈনভ।

২। সত্রাযজ্ঞ পৌপুসি।

৩। ইন্দ্রহুম্ন ভল্লভ্য।

৪। জন সর্করাক্ষ্য।

৫। বুদিল অশ্বতরশ্বি।

মখোয় পুম্নমক্কশি মগুণ য়াম্না লৈরবা মী মক্কনি। মখোয় মশা-মশাগী শাস্ত্রেন্দা য়াম্না সাধনা কল্লবা মী মক্কনি। তোই-ঙুম্বস্তুং মখোয়গী মপুক্লীংদা চিংনবা অমমম্দি অহুমক লৈ। মমমদি মখোয়না সাধনা তৌরকপদা মতুংগী মহৈ ওইনা চপচানা ফাম কয়া ফংলবস্ত মখোয়গী সাধনাহু মপুং ফাদবা মওংদা মপুক্লীংদ প্রেন্দবা, পন্থুংসিনি হায়না লোইশিন্না য়াদবা অমমম্দি অহুমক পোকই। মখোয়গী শোয়ন্নিবহু করিফনো হায়বা মখোয় মশেল মোংম তামন্নমই। "আত্মা হায়বদি করিনো? ব্রহ্মনা

করিব্নো ? ঐখোয়গী শোয়রিবসিনা কদায়দনো ? মহুগী মতামহু ঐবু ঙালহন্বা ঙম্লা ?"

মখোয় থুদিংনা অমবু অমনা হংনরমই—'চৎকদোবা লম্বী করিনো ? ঐখোয় ঐখোয়না তৌনরিবা সাধনাসি অমগা অমগা পুম্না তৌবা য়াবা মওং নৈগদ্রা ? মখোয় খুদিংসি মাগী মাগী অককুবা মওং অমদা অকন্বা সাধনা তৌবা মী মক্তনি অমম্তুং সাধনাগী গুণ-না মহৈন্দু চাউনা-চাউনা ফংই। মখোয়গী সাধনাগী মপান্না মহৈ চাউনা-চাউনা ফংলবা ফাওবদম্তু মখোয় অমগা অমগা মত মান্নবা স্বরূপ ঙমদে। মখোয়গী মপুক্লীংদ চিংনবা অমা নৈরে। মহুদি— "মখোয় অমগা অমগা মত তিন্নব্রিবা করিগীনো ? ঐখোয়না হোংনরিবসিদ করিগুম্বা ইতোপ-তোপ্পা খণ্ডদবা অশোয়বা অমা শোয়দনা নৈবা ত্তাই। ঐখোয় পুম্নমক 'ব্রহ্ম' হায়না খঙনরবা অমত্ত ঙায়বা অচুম্বা, অমমমদ ওইনা 'ঐ' হায়নবা পুম্নমক্ত নৈবা আত্মাহু সাধনা তৌবা মী মক্তনি। অদুম ওইনমক ঐখোয়না কন্না হোংজরবা ফাওবদম্তু ঐখোয়গী সাধনাসি ঐখোয় মশেল মত অমত্ত তিন্নবা ঙমদে।" মতুংদা মখোয়সি অমগা অমগা মুন্না তান্নরে, তোউগুম্নম্তুং মান্নবা ঙমদ্রে, অসিনা মচুন্নে হায়বা ফীরেপ লৌবা ঙম্নদ্রে। মতুংদা মখোয়না খন্নরমই— "ঐখোয়গী লমসিদ অতোপ্পা, য়াম্না খঙলবা অচৌবা মী অমগা নৈরি। ঐখোয়না মাগী মনাক্ত চৎলোইদোবা করিগীনো ? মহাক বৈশ্বানর আত্মাসিগী—অথুম্নসি খঙলম্বা য়াই। ঐখোয়না মাগী মনাক্ত চৎলসি।" মুনিসিংদি উপনিষদদা ফাওরবা অরুণী উদালকনি।

মখোয়না হায়নরমই—'করে, মহু য়াম্না পন্থিং চুম্লবা ব্রাথলনি। পুকচেল চাউরবা মী অসিগী মনাক্তা ঐখোয় পুম্নমক চংলসি। ঐখোয়গী চিংনরিবা পুম্নমকসি মখোন্দ হংসি। ঐখোয়গী চিংনরিবা পুম্নমকসি মহাক্না কোকহন্না ওন্না য়াই। সাধনাদ শোয়রিবনা কদায়দনো? চপ চাবা চংকদোবা লম্বীনা?—মঙোন্দা হংজসি। অস্থুম্না থম্নতুনা—মখোয় পুম্নমক পুম্না, মখোয়না চিংনরিবা, থিরিবা মরমসি হংননবা মাগী মনাক্ত চংলমই।

অস্থুম্না মতিক-মগুণ লৈরবা মীশিংসিনা পুম্না মাগী মথুমদ লাকপত্থদা উদালক য়াম্না ঙক্না থোক্লমই। মখোয়সি অচম্বা মী অমত্ত নত্তে। মরম অসিনা মহাক্না মথন্নতা মপুক্নীংদা থজরমই—'মযাম পুম্না লাক্লিবসি করিগী ওইরিগদগে? য়াম্না লুবা মরম অমদি শোয়দনা লৈরম্লগনি। অমত্ত ঙায়বা অচুম্বত্থগী মরমদা লুমবা ব্রাহংথরা পাম্লম্বা য়াই। মরমদি মখোয় মশামকসি য়াম্না চাউরবা অথঙ-অহে মক্তনি। মখোয় পুম্না পাক্লিবসিনদি—অমত্ত ঙায়বা অচুম্বত্থগী মরমদা ঐগা ব্রাম্নি শাবা পাম্লম্ব য়াই। মগুণ লৈরবা মীশিংসিগী মমাঙদ ঐগী ইজ্জৎ করিগী মাঙহন-গদৌরিবনো? মরম অসিনা মখোয়না থুংলবগা মখোয়গী ব্রাহং পুম্নমকসি থুম্বা ঙম্বা মী অমদ পুগে।' মখোয়গী মমাঙদ পাউথুম নীংথিনা পীবা ঙমদত্থনা মাগী অশোয়বু উংপা পামদত্থনা মাগী মপুক্নীংদ অস্থুম্না থল্লমই। মখোয় থুংলম্লিবৈগী মমাঙদগী ময়াম লাকপা উবদ অস্থুম্না থম্না হোৌরে—'মখোয়সি য়াম্না মহৈ-মশীং হৈথ্রবা, যাগ-যজ্ঞদা মমিং চংলবা মী মক্তনি। ঐহাক

অশ্বপতিনা হায়রবা য়াবা নত্তে, ঐনা খঙদবা কয়া লৈরি।" ঐনা খঙদবা, খুম্বা ওমোইদোবা কয়া "হংলক্লগা খুম্বা ওমদহুম্না মখোয়গী মীয়াম ঐহাক চৌপ্প-মংগকৌরিবনো।" মখোয়সি মী অমদা থাদোকখিগে।

"লম অহুগী মিংথৌ ময়াম্না পুকচেল চাউবা নিংথৌনি। মাবু অশ্বপতি হায়না খঙনৈ। মহাকসি ময়াম্না ধর্ম্ম লৈবা অমসুং বৈশ্বানর হায়বা খঙনবা নিয়মদা অকনবা সাধনা তৌবা মীনি। মাগী লৈবাক্কু ময়াম্না নীংথিনা ঙাক্লমই, তমজনকম ওইবা নিংথৌনি। মাগী লৈবাক অহুদা মাবু মপা-মমাগুম্না প্রজানা ইকায়-খুম্নে। মহাক্কি মপাসি মীওইবগী গুণ পুম্নমক্না লৈতেংবা মীনি। উদালক অরুনীনা হায়রমই— 'পুকচেল চাউরবা ইচিন-ইনাও পুম্নমক। ময়ার্ক লেংলক্লিবসি কয়িগীনো হায়বসি ঐহাক খঙদে। ঐঙু ময়ামগী চপ মাদ্রে।" ঐগীসু চিংনবা অমা অহুম লৈ। ময়ামগুম্না চহী কয়া সাধনা তৌজবনি, অদুবু চিংনবা অরুবা অমদি অহুম লৈ। ঐখোয়গী নিংথৌরেল অশ্বপতিগী মফমদা ঐখোয় পুম্না চংলোয়দোবগী মরম উদে, মহাকসি বৈশ্বানর বিদ্যাদ কয়া সাধনা তৌবা মীনি। ঐখোয় পুম্নমক মাগী মফমদা চংসি।' উদালক য়াওনা মখোয় পুম্নমক নিংথৌগী কোনুং তাম্না চংলমই অমসুং নিংথৌগী মমাঙদা মখোয় লোয়রে।

ব্রাহ্মণশিংনা নিংথৌগী মনাক্ত চংপসি অয়াম্বা মতমদ লনথুম্নচিংবা কয়িগুম্বা 'অমা পামহুনা' চংপনি, মসিনা মহোশাগী ওইনা চংনবিনি। মখোয়শিংসি কয়িগুম্বা দান থয়া পামহুনা

লাকপনি হায়না নিংথৌনা খল্লমই। মহাক্না মখোয়বু য়াম্না ইকায়-খুম্নমা, তরায় কৌশিল্লমই, কমহল্লমই অমস্তুং মানা খজিল্লুং তৌজনীংবা দানচু য়ারিবক্কুবা য়াই খন্দুনা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জ-রমই,— ঐহাক ধর্মগী লম্বীদ চংচবা মীনি। ঐগী মৈপাক্কী শাসনদি থোইদোকপা অকায়বা মৈতবাল্লে হায়না খজে। ঐহাক অচুম্বা লম্বী চংপা অমস্তুং অকবা থবক তৌবা পামজবা মীনি। ময়াম্না লেংবিরক্লিবসি করিগুম্বা অমা দান ওইনা নিবিগে হায়না লেংবিরক্লগদি ঐহাক মতু কংচগে। মহাক্না মখোয় খুমিংবকপু তোঙান-তোঙান্না, য়াম্না তরায়া ওক্লমই। মহাক্না মখোয়দা মৈ পরেং অমমম্ শিহল্লমই, থক্লবা ঈশিং পীরমই অমস্তুং মখোয়গী অক্ষ-লুংঙাই হংলমই। মখোয়গী মৈরনবা চপচাবা মৈকম অমস্তু কোনুং মনুংদা পীরমই।

মতুংগী অয়ুক্ত হোৌগৎলগা, তৌগদৌবা হৌনবী লোইরগা নিংথৌনা মাগী মী লাকপা উননবা কাদ চংলমই। মগুণ মৈরবা ব্রাহ্মণশিংচুস্তু মৈরম্লে অমস্তুং নিংথৌনা অহাম্বা ভাঙ-থোরকপদা অম্মা হায়রমই— "মৈপাক অসিদা হুরাম্বা অমত্ত মৈতে, য়াম্না অশিকপা মীস্তু মৈতে, কল্লক-মিহৌ চাউবা মীস্তু মৈতে, ময়াইকাবা— মহী-মনাই থকপস্তু মৈতে, মৈদ, ঈশিংদ নোংমগী কংকন থোকপা কংপা— মথৌ ওইবা শাজং অহুস্তু কনা অমত্তনা কায়দনা তৌই, মহৈ-মশিং তমগে মীংদবা মীস্তু মৈতে অমস্তুং লমচং-শাজত্তা অকায়বা তৌবা মীস্তু থোইদোক্না মৈতে। ঐহাক যজ্ঞ অমা তৌগে খঙজরি। মহুদ লল-খুম

ওইনা, যজ্ঞদ কপ্লিবা মী অমদা কংপঙ্গা,— দান ওইনা ব্রাহ্মণশিংনা অতৈবা কংচপে হায়না খঞ্জি, ময়াম্মা পেনবিগনি হায়না খীংবৈ। পুম্নমকপ্তি ব্রাহ্মণশিংহুনা কপ্লিমন্তা ভাতভ্রিইঙদ নিংথৌনা লোককন্তিবা ব্রাহ্মণশিংহ সনা-লুপা, লল-থুম থবা পাম্মহুনা লেঙলকপানি হায়না খন্নুনা হায়বনি। মখম অসিনা নিংথৌনা মখাতানা হায়জরমই— "ঐগী কোম্বুং অসিদ, ঐনা যজ্ঞ অহুগী লেমশাগ্রিইঙ। মন্নুংসি মত্তম খন্নদং লৈবিগে। যজ্ঞ অহুদা ঐনা খরাম্নপীগ্রগোনা মাবা থবক থবা পীজগে।"

ব্রাহ্মণশিংনা খুম্মই— 'ইবুংঙো! ঐখোয়দ ইবুংঙোনা মাম্মা পৌজানবিয়ে, তৌইগুম্নপুং ঐখোয়দি ইতোপ তোপ্প মখম অমগীদমক লাকচনবনি; ঐখোয় লল-থুমগীদমক লাকচবা নত্তে। মী অমনা লাকপদা মানা পাম্লিবা অপাম্বহ মশানা হায়বা তাই, মহ মীহুগী মখোনি। মানা হাম্নজনীংলিবহুগী বাংমদা ভাঙবমু কত্তে অমপুং মানা পাম্লিবহুগী ওনবা মওংদা পোং অতৈপু লৌবা য়াদে, চুমদে। ঐখোয়না লাকচপ্লিবর্ধসগী মরমদি ইতোপ-তোপ্পনি, ইবুংঙোনা খম্বিবিবা, ভাকপীব্রিবহু নংচদে।

নিংথৌনা ওক্নুনা হংনুমই,— 'কপ্লিনো পাম্বীব্রিবদি?'

মখোয়না পাম্লিবসি কপ্লি ওইগদৌরিবনো হায়হনা নিংথৌনা ওক্নুনা খঙ্গমই।

ব্রাহ্মণশিংনা হায়জরমই— "ইবুংঙোদি জগৎকী মপু ওইবা ভগবানগী অপুম্বা জানম্নি মপুংফানা লৈরে হায়না ঐখোয়না ভাবৈ। ঐখোয় মশোংন্ থরাজরদ কপ্লিগুম্বা কীরেপ অমত্তু তাবা

তম্লক্লে। ইবুংঙোনা খণ্ডবিখিনবা জ্ঞানচু খণ্ডোকনীংহুনা, তবজনবগী-দমক ছাত্র অমা ওইনা লাকচবনি। লৈশ্বাজির আথা অহুগী জ্ঞানচু কংনবগী ধ্যান-ধারণা করম্মা তৌগনদে— ঐখোয় খঙবদে। ঐখোয়না 'লাকচল্লিবসিগী মরমদি অসিনি, লল-থুমগী; লৈশাগী দান নিজগে হায়দুনা লাকচবা মংচদে।"

মখোয়না লাক্লিবহুগী মরম ভাবদ নিংথোয়' ওহোক্লা ভক্লা থোক্লু, অহুম ওইনমক— নিংথৌসি য়াম্না মপুকচেল চাউবা মী অমা ওইরমই। মানা হায়রমই— "মমাম পুম্নমক হুয়েং লাকপীয়ু, ঐগা উমসি।"

অচুম্বা থিবা পামহুনা লাক্লিবা মীশিংসি অচম্বা মী অমত্ত নত্তে। চহীদসু নিংথৌদগী হল্লম্বা য়াবা মী মত্তনি। মখোয় নিংথৌনা খঙলিবা জ্ঞান অসিগী মমাঙদ য়াম্না মোল্লক্লা চঙজরকই। মখোয়না নিংথৌদ চঙজরকপদা মতম অহুগী চংনবী ওইনা— ছাত্রনা গুরুগী মফমদ তৌবা হোনবা— 'সমিৎ' (অশেংবা যজ্ঞগী শীং') কংলমই। মখোয়না ক্ষত্রীদগী হেংবা ব্রাহ্মণ নত্রগা পণ্ডিত অমনি হায়হুনা চাউখোকপা লৈরমদে। মখোয়না ছাত্র অমা ওইনা ওন্নাদ, গুরুদ চঙজবগী মতৌগুম—নিংথৌদ চঙজরমই।

হৌজিক নিংথৌনা মগুণ লৈম্বা মীশিং অসিগী মরমমক্তি চংনবী নিয়মগী বাংমদ থোইদোকপা কিয়ম অমা তৌরমই। অরাম্বা মতমদ অশিঙ্গুম্বা জ্ঞানসি— থুনা খক তাক্লুবে, কনাগুম্বা অমা ওসি লাক্লগা হুয়েং দিক্ষা হেক পীবসি তৌনল্লে, মসি

কুইরবা চংনবীনি। করিগুম্বা মতমদা চহী কয়া কাওবা তাকপীরবা য়াওই। ভৌইগুম্বসুং হন্দকী মকমসিদদি নিংথৌনা চংনবীগী য়াংমদ ভৌরমই। মরমদি— লাক্লিবা ছাত্রশিংসি চুম্বগী অচম্বা ছাত্র নত্তে, মখোয়সি হায়বা য়াম্বা থওলবা মী মক্তনি। সাধনা কল্লবা, ধর্ম্ম লৈরবা অমসুং অচুম্বা চংশদা শাজেল কল্লবা ব্রাহ্মণ মক্তনি। মখোয়সি জ্ঞান ফংনরবা, অনৌবা ওইনা লাকপা গুরু খম্বা মী নত্তে। মরম অসিনা অনৌবা ছাত্রনা গুরুগী য়ুমদ কুইনা লৈদুনা অমসুং গুরুগী সেবা ভৌনবগী চংনবীদু নিংথৌনা ভৌরমদে। মরম অসিনা— মখোয়না 'ঐখোয়না ছাত্র ওইনা লাকচনি' হেক হায়বগা খুদক্তা নিংথৌনা মখোয়বু মাগী ছাত্রনি হায়দুনা লৌশিনখিরমই। চংনবীগী নিয়ম অকম্বা থমদনা, নিংথৌনা হেক্ত অপাম্বনা য়া ভাঙবা হৌরে।

## স্বর্গবু পরমাত্মাগী কোক ওইনা নীংবা

নিংথৌনা মখোয়বু অমমম্ত ওইনা হংলমই:— নখোয়না হায়বা ভৌরম্লিবা সাধনা মওংসি কয়ম ভৌবনো? নখোয়দ অরুবা থোক্লিবসি কদায়গাইদনো? মী খুদিংদ য়াহং অসি হংলমই। মখোয়গী মরক্তগী অহাম্বা অহুদা য়াহংসি হংলমই:— 'উপমন্যভ!' অহাকু কয়ম্বা মথলগী আত্মা ধ্যান ভৌবগে?— শোয়দনা আত্মা সাধনা ভৌরমগনি হায়না নীংই। মসি অঙকপনি, নখোয় খুদিংমক আত্মা সাধনা ভৌবা মী মক্তনি। অহুবু সাধনাগী

মওংদ অমগা অমগা খেন্নরিবা করিগীনো ? নপুক্লীংদা খল্লিবা মওংহু কয়ম্বা মখলগীনো, কয়ম্বা মওংনো ?' 'মহারাজ ! ঐনা স্বর্গবু ভগবানগী কোক্কি হায়না নীংজে। ঐগী জ্ঞান অসিনা পুক্লীং চপ-মুংনা সাধনা তৌননবা মওংদি ( symbol দি ) অসিনি। ঐগী সাধনাদ স্বর্গগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা লমচৎবু ঐগী ধ্যানগী পন্থুংকম্বি হায়না খঞ্জে। ঐনা মসিবু— 'অমত্তচনি' ( absolute ) হায়না লৌজে। ঐগী পুক্লীংদ অতৈ অতোপ্পা অমা খঙদে। পুক্লীংসি মওোন্দ মুংনা থমজে। মরমদি পুম্নমকসি মহাক্কি হায়না খঞ্জে ; আত্মাতুমক মসিনি হায়না খঞ্জে। অস্সুম্না ঐনা সাধনা তৌজবনি। তৌইগুম্বসু ঐগী পুক্লীংসি পোথাকম লৈতে। করিগুম্বা অমদ অয়াম্বা অমা লৈরমাল্লে হায়না খঞ্জে। মরম অসিনা ঐনা ইবুংঙোগী নাক্ত লাকচবনি।'

নিংথৌনা হায়রমই— 'নহাক সাধনাদ য়াম্না মপুকচেল তিংনা লৈবা ছাত্রনি অমসুং নংগী সাধনা মওংসিদ নহাক নপুকচেল শেংনা চথরি। নংনা তৌরিবা ধ্যান্দু জগৎকী মপু বৈশ্বানরগী শক্তক অমনি হায়বদি চুমই। তৌইগুম্বসু নংনা খল্লিবসি অমত্ত ওইবা অচুম্বতুগী ( supreme-reality ) শক্তক মচেৎ অমত্তনি। নংনা সাধনাগী মপান্দগী নংমা ক্লাম্নবা কয়া ফংলে। নযুমদ মপাল নাইত্রবা লন-থুম্ লৈরে। নযুমদ মজ্ঞনচিংবা কয়া তৌরে অমসুং অতিথি কয়াবু পীজ-পীথক তৌবদ নংগী অৱাবা করিগুম্ লৈতে। পুম্নমকসি নংগী সাধনাগী মহেৎনি। নযুমদ চান-থক্লবা চিজাক কয়া লৈ, অৱাং-অপা অমত্তা লৈতে। য়েংথি-য়েংথিবা মায়কৈদ—

মুংঙাইবমক্তনি, অরাং-অপা লৈতনা লৈবা মীনি। মংনা তৌরিবা সাধনা মওংসিদ তৌবা মী পুম্নমক নংগুম্না অহুম মুংঙাইগনি, কান্নবা ফংগনি। পোং খুদিং মপাম নাইদনা লৈগনি। মীনা মশক খঙগনি, নমিং চৎকনি। য়াম্না মুংঙাইনা নপুক্কি লেনগনি। মীনা মুংশিনি, পুম্নমকস্থু মরূপ ওইগনি। নয়ুমদ কন্নিগুম্বা অমত্ত অরাং-অপা লৈরোই। নংনা তৌরিবা অসুম্না বৈশ্বানর আত্মাদ সাধনা তৌবা মী পুম্নমক নংগুম্না অহুম মুংঙাইগনি। নংগীসু অহুনি। অহুবু চাউরবা অরাঙ্গ অমা লৈরে।

নংগী সাধনাগী মওংহুদি— চাউরবা বিরাট মূর্তিগী অশেংবা মওং অহুগী শরূক অমত্তনি। মসিদি বিরাট মূর্তিহুগী—খ্বাইদগী হেন্না রাংবা, মতোন থংবা কোক্কি। নংনা সাধনা তৌরিবহু অসিবুনি। কোক্কী শরূক অহুবু মপুমহুনি, মশা পুম্নমক্কী হায়না লৌরুবা নংগী সাধনাসি লাম্বহুনা নংগী নকোকসি মোংম নত্রগা মোংম কেম্ব য়াই। নংনা মতম চাম্নিভৈংসিদ ঐগী ইনাক্ত লাক্লম-ত্রবদি খঙহৌদবা অরা-অনা কয়া থোকপ য়াই। চুমথোক্লবা মতম চপ-চানা লাকপসি য়াম্না ফরে। অকবা ডাক্তর অমনা 'নংগী অনাবসি য়াম্না হেক্লিল্লবনি, লাকপা য়াম্না ফরে' হায়বগুম্বনি। অসিগা চপ মান্নবা নিংথৌনা হায়রমই— 'মংনা লাকপসি মতম চপ চারি, য়াম্না ফরে। নংলমত্রবদি—নংগী সাধনা লাম্বা ময়মদগী য়াম্না খুদোংথীবা কয়া থোক্লক য়াই। কোকপু হকচাং পুম্নমক্কী হায়না লৌরে। ফরে। মসি ওইজরসনু। হৌজিক চুমিম্না লৈক্নো।

## নুমিৎপু ভগবানগী মিৎনি হায়না নীংবা

নিংথৌনা অতোপ্পা মুনি অমদ অমুক হংলমই—'সত্যযজ্ঞ পৌলুসি! নংনা থল্লিবা আত্মাহুদি করম্বা মথলগীনো?'

"ঐখোয়না খত্তবগী মনুংদ থ্বাইদগী হেন্না লংলবা নুমিৎপু নীংজৈ। ঐনা সূর্য্যদেববু থ্বাইদগী অথোইবা ভগবানমক্কী হায়না খঞ্জে। ঐনা ধ্যান তৌজরিবা আত্মাদি অসিনি।" পৌলুসিনা খুল্লমই।

নিংথৌনা হায়রমই— 'সত্যযজ্ঞ! অমত্ত ঙায়বা আত্মাবু নুমিৎনি হায়না ধ্যান তৌরে। করে, মসি বৈশ্বানর ভগবানগী হকচাংগী শরূক অমনি। অমত্তা ঙায়বা ভগবান্দুগী মসিসু শরূক মচেৎ অমা ওইবা মরম্না অমসুং মচেৎপু মপুম ওইনা নীংবা মরমদগী নংগী শাজত্তসু নুমিৎকী মওং শোয়দনা য়াওগনি। নংগী রাখশদ নপূকচেল পাক-চাউনা য়াম্না শেংনা লংনা য়েংই। নংগী ইমুংদা অরাং-অপা অমত্ত লৈতে। নুমিৎ মশাসি মথম্মতা মপুং ফাবনি। নংগী নপূক্কীংসু পেল্লি। মহাক য়াম্না মথ্বায় নুংঙাইনা লৈ। নমুমদা সনা-লুপা, মীনাই-মীশন্, চান-থক্কুবা চিঞ্জাক অমসুং অসিগুম্বা— হিংবদা, লৈবদ নুংঙাইনবা পোৎ কয়া লৈ, অরাং-অপা অমত্ত লৈত্তে। পূম্নমকসি—জগৎকী সনা-লুপানচিংবা পূম্নমকসিবু থোকহল্লিবা নুমিৎ নীংবদগীনি। মরমদি পূম্নমকসিগী হৌকমদি নুমিৎনি। নংনা তৌরিবসিগুম্না তৌরিবা মী পূম্নমক নংগুম্না অহুম নুংঙাইনি, অরাং-অপা অমত্তা লৈরোই। চিঞ্জাক বাৎলোই

অপাম্বা পোৎ পুম্নমক নীংবা থুংগনি। পোৎ পুম্নমক্কী হৌকম ওইরবা মুমিৎ নীংবা পুম্নমক্কীশু মংগুম্না অহুম তোগনি। মংগী সাধনাসিদ লাল্লিবদি—মুমিৎ হায়বসিদি বৈশ্বানর কৌবা ভগবানগী মিংনি। মসিদি অশেংবা মশক্কী মপূমচু নত্তে। মংনা ঐগীদ লাক্লমজ্রবদি— মিংপু ভগবান্দুমক্কী হায়না সাধনা তৌক্লবগী দোষনা নহাক নমিৎ পুমভাঙ তাঙলম্বা য়াই।

## মুংশিংগী বিরাট ভগবানগী স্বরূপনি হায়না নীংবা

হৌজিক মিংথৌনা অহুমশুবা মীহুদা চপ মান্নবা ব্রাহ্মণ অহুম হংই। 'ইন্দ্রদ্যুম্ন ভল্লভং! নংনা ধ্যান তৌবা মওংনা কয়িনো? নঙোন্দ লুনা থোক্লে হায়রিবা আত্মাদুনা কয়দনো?

ইন্দ্রদ্যুম্ননা খুম্লমই— "মহারাজ। মক্কম পুম্নমক্ক শিন-থুংনা লৈরবা মুংশিংসিবু পুম্নমক্ক লৈবা আত্মাদুনি হায়না ঐনা খঞ্জে।" মিংথৌনা হায়রমই— 'ফয়ে, হৌজিক ফাওবদি ফয়ে। জগৎকী মপু বৈশ্বানর— ভগবান মক্কম পূম্নমক্ক শিন-থুংনা লৈবগুম্না মুংশিংশু শিন-থুংনা লৈ। য়াম্না ফয়ে। মায়কৈ পুম্নমক্ক লৈবা, মক্কম পূম্নমক্ক য়োবা মুংশিংপু নংনা জগৎ পুম্নমক্কী মপু ভগবান্দুনি হায়না নীংজবদগী মায়কৈ পুম্নমক্কগী মঙবু থাগৎলৈ, পোৎ কয়া কংলৈ, অবাং-অপা অমত্ত লৈতে। মুংশিংনা মক্কম পুম্নমক্ক শিন-থুংনা লৈবগুম্না মংগী ইজ্জৎ, ইকায়-খুম্নবা মায়কৈ

পুম্নমক্কী শব্দোক্নি। নঙগী গাড়ী কয়া লৈ, মহাক চৎপদ গাড়ী কয়ানা মতুং ইল্লি। চিঙ্গাক্তা, লল-থুম্মদ নংগী মরাং কায়দনা লৈ। নঙগী সাধনা মওং অসিদ তৌবা মী পুম্নমকস্থু শোয়দনা নংগুম্না তৌগনি। মাগী সাধনা মওংহৌবা তৌবা মীশিংগী মতিক মগুণশু মামা অমুক হন্না থাগৎলমই।

‘মসি অচৌকপা ওইরবা সাধনানি, তৌইগুম্বনং মসিদ অশোইবা অমত্তংদি লৈরি। মুংশিং হায়বসি বৈশ্বানর আত্মাগী শ্বরনি। নংনা মসিবু ভগবান্দুমক্কি হায়না লৌরে। নংনা ঐগী ইনাক্ত লাক্লমত্রবদি ওন্থোক্না খুদোংথীবা তারমগনি। নংগী মওক্তইবা শ্বর'থু পাইথোক্কুনা চংখিবা, থোক্লস্বা যাই। নংনা মতম চানা লাকহৌবসি ফরে।’

## অহাঙববু (Space) ভগবান মশা ওইনা নীংবা

মথংগী অতোপ্পা জন সর্কারাক্ষং কৌবা মগুণ লৈরবা নিপাদ হংলমই :— ‘নঙনা সাধনা তৌরিবা আত্মাদি করম্বনো?’

পাউখুম :— ‘মহারাজ! মানা চঙবা ওমদবা লৈত্রবা আকাশপু নীংজৈ।’ মসিস্থু মাধনা তৌনরবগী মশক-মওং অমনি। আকাশনা লৈতবা মফম লৈতে, মাবু নীংলোইদোবগী মরম লৈতে। লেপ্পমক্কু আকাশ হায়বসি ধ্যান তৌনবগী মওং অমনি।

শিংথোনা হায়রমই— ‘আকাশ মফম পুম্নমক্তা লৈ, মানা লৈতবা মফম লৈতে। নংনা মসিবু অরোইবা শন্থংকম্নি ( ultimate

reality ) হায়না নীংলে। মরম অসিনা নংগী পোৎ খুদিংম মপান নাইদবা হায়বত্থু ওইরে। নংগী ময়ুখদ নরুল-মথুম মখাং কায়দনা লৈ, মুংশিনবা অচা-মশূনা থম্না লৈ। নংসি নংগী ইমুংগী অমম্মুং নংগী কাণ্ডলুপকী মিংচৎ ওইহল্লা মীনি। মপান-নাইদবা মওংবু সাধনা তৌজবদগী মওং পুম্নমক্ত নংগী মঙ্গলগী মশক ওইরি। নংগী লাইমীং অসিদ তৌরিবা মী পুম্নমক নংগুম্না অহুম তৌগনি। তৌইগুম্বম্মুং মসি অচুম্বা মথলগী সাধনা নত্তে, অয়াম্বা মওং অমা লৈরি। মরমদি আকাশ হায়বসিদি ভগবানগী হকচাংনি হায়বা য়াই, বৈশ্বানর মপুমথ নত্তে। নংনা ঐগীসিদ লাক্লমত্রবদি— করি থোক্লমগনি ? খণ্ডহোদনা নশা পণ্ডথবগুম্ব অনাবা শোয়দনা থোক্লম্বা য়াই, নংগী সাধনাসি মপুং ফানা কায়রম্বা য়াই। মখোয়না তৌরিবা সাধনাশিংসি অঙকপা সাধনা মক্তনি। তৌইগুম্বম্মুং যাম্না খুদোংথীনীংঙাই ওই। মগুণ লৈরবা মীশিংচুদ অম্মুম্না নিংথৌনা হায়রমই।

## ঈশিংনা বৈশ্বানর ভগবানগী মখা-থংবা পুক ওইনা নীংবা

মথংদ বুদিল অশ্বতরশ্বিদ হংলমই :— 'নংগী সাধনা মথলনা করম্বনো ?' 'ঐনা ঈশিংবু ভগবান্দুনি হায়না নীংজে।' আকাশপু ভগবান্দুমক্তি হায়না নীংবা মী লৈবগুম্না সমুদ্রবু ব্রহ্মাত্নুমক্তি হায়না

নীংবা মীওু লৈ। 'ঐনা ঙমথৈ লৈত্রবা ঈশিংবু ভগবানগী অশেংবা মশক্তুনি হায়না নীংঙৈ। মসিনা ঐনা নীংজবা আন্নাহুনি।'

"হৌজিক কাঙুবদি নংনা নীংজরিবা মওংসি য়াম্না ফয়ে, অহুগী মপান্দগী নংগী অরাং-অপা অমত্তা লৈত্রে। ঈশিং হায়বসি লল-থুম, পাঙ্গল অমস্তুং চিঙ্গাকী হৌরকফম্নি। চিঙ্গাকী হৌরকফম ওইবা মরম্না নংগী নয়ূমদ মরাং কায়না চাক-থক্কুবা লৈরিবনি। অস্মুম্না সাধনা তৌবা মী পূম্নমকস্থ অস্মুম্না অহুম থোক্কনি। তৌইগুম্বস্থুং অসিগুম্বা সাধনা মওংসি শাউরবা অশোইবা অমা লৈ। মরমদি মসি ভগবান বৈশ্বানরগী পূক মথাদনি। মসিদি হেক লৈরিবা ভগবানগী সৃষ্টি পূম্নমক্কী মহৌগী শক্তক্নি, ভগবানগী শক্তক মচেং অমত্তনি, মপূমহু নত্তে। নংনা ঐগী ইনাক্ত লাক্লমত্ত্রবদি ঈশিং তুংগন্বা মকমদা নশা নারম্ব য়াই, নংগী নশাদ মপাঙ্গল য়াওরক্লোই, নংগী অসিগুম্বা লাইনীং শোয়বদগী মথল কয়াগী অনাবা নারম্বা য়াই।

## পৃথিবু ভগবানগী খোঙ ওইনা নীংবা

মতুংদ নিংথৌনা উদালক অরুণী মশামক্ত হংলমই— 'নংনা সাধনা তৌবা মথলনা কয়স্বনো?'

উদালকনা হায়রমই— 'মহারাজ! ঐনা পূম্নমক মঙোন্দ লৈ হায়রহুনা পৃথিবু ভগবানগী অশেংবা মশক্তুনি হায়না সাধনা তৌখৈ।' নিংথৌনা হায়রমই— 'য়াম্না ফয়ে, সাধনাসিগী মপান্দগী

নংগী অকথা গুণ য়াম্না লৈয়ে, মুংঙাইনা লৈরে অমস্তুং মংগা মুংশিনবা পুম্নমকস্তু মনীং থুংনা লৈ। পৃথিবিসিনা পোৎ পুম্নমকী হৌরককম মুক্ষম ওইবা মরমদগী নংগী মপুক্সিসি ভং-তানা মন্না চেংনা লৈ। নংমা তৌরিব অস্তুমা সাধনা তৌবা মী পুম্নমকস্তু মংগুমা অহুম মুংঙাইনি। তৌইগুমস্তুং পৃথিবিসিদি বৈশ্বানর অ'ত্মাগী খোঙগী শরুক্রুমদনি। মসি ভগবানগী খোঙনি হায়না লৌব য়াই। মরমদি— মসি ভগবানগী লৈশেম্গী মস্তুংদ থ্বাইদগী অনেম মওংগী কোংদোকপা শক্তমচু মসিনি। নংমা ঐগী ইমাক্তা লাক্লমত্রবদি মংগী নখোঙদ কৰিগুসা য়াম্না কত্তবা থোদোক থোক্লকপ য়াই। মখোঙসি কংশিল্লক্তুনা পীকশিল্লকপ কাওব য়াই। মচু থোক্লম্নবদি— নহাক চৈগু গুহ্না চংলম্বা কাওবা য়াই।

## 'ঐ'— জগৎ

### ('I' as universal whole)

মতিক চারবা মীওই তক্লক্লা হংলকপা ব্রাহংশিংচুগী মিংথৌনা থুম্লকপা পাউথুমদি অসিনি। মিংথৌমা হায়রমই— 'নুংশিজবা মরূপ পুম্নমক। নখোয় নশা-নশাগী সাধনাদ য়াম্না মপুকচেল ভিংনা শেংনা হোংনরবা মক্তনি। নখোয়না মপুকচেল ভিংনা, শেংনা থাঙবা কম্বগ লোয়নবা সাধনা তৌজবদগী নখোয় থুদিংগী অয়ুমদ, ইমুং-মস্তুংদ অমস্তুং নশামকীস্তু অপেম্বা ওইনা মুংঙাইনা,

অরাং-অপা অমম্ভ লৈতনা লৈরি। তৌইগুম্বমসুং পুম্নমক্কী সাধনাদ— চাউরবা অরাম্বা অমমম্ লৈ হায়বসি নখোয় খঙ্জে। মহুৎশী দোৎনা মমৈথংদ খুদোংথীবা থরা শোয়দনা লাকনি। পুম্নমক্কা ঐগোন্দ লাকপসি য়াম্না ফজে। অহোৎবদদি অরাম্বা মওংগী সাধনাহুম্ব চুম্বোই মীংলমগনি, তৌইগুম্বমসুং মমৈথংদদি খুদোং-চাদবা শোয়দনা থোরকনি, মহু ফরবা হিদাক-লাংথক অমম্ভনা ফহম্বা; চুমথোকপা য়ারোই। 'মরম অসিনা ঐখোয়না হৌজিক তৌগদোবনা করিনো? ঐখোয় কদায়দ লেপ্লিবগে হায়বসু খঙলে।' শেংনা হায়রবদ নখোয় পুম্নমক চাউরবা অরাম্বা অনি তৌরে।

অহান্বদ— নখোয়না মচেংপু মপুম্বি হায়না লৌই।

অনিশুবদ— ঙমথৈ নাইবা পোৎপু ঙমথৈ নাইদবনি হায়না লৌরে।

নখোয়না নপুক্লীংদ থল্লিবা করিগুম্বা অমম্ভনা মপুমহু ওইবা য়ারোই। মরমদি— মন (রাথল) হায়বসি ঙমথৈ নাইবা পোক্ত খল্বা পামই, হৈনবিনি। মখোয়না থল্লিবহুনা য়াম্বা পাক-চাউনা ঙমথৈ লৈতবনি হায়না থল্লবসু— ঙমথৈ নাইবা পোক্ত থল্বনি। মসিনা অহান্বা অরাম্বনি।

নখোয়না আত্মাবু নশাদগী মপান্দ লৈবা পোং অমগুম্না থল্লি। অসিনা অনিশুবা অরাম্বনি। নখোয়না হায়— 'মসি আকাশনি, মসিনা ঈশিংনি, মসিনা নুমিৎনি, মসিনা লৈপাক্কি··· অস্তুম্না মথং মথং। ফরে, পুম্নমকসি য়াম্নদি ফজে, তৌইগুম্বমসুং

লোয়রবা কাওবদসু হুংঙাই-য়াইকবা নৈ হায়নবা য়াই। ইয়ায়রিবা মওংসি মপাঙ্গুম্নাংগী অচম্বা মিংয়েংঅদি অঙকবা ওইবা অদো।

নখোয়না উ-অমা কাকমগে হায়রবা মনা থুদিংদ ঈশিং চাইবগদি করিমত্তা ওইরোই, মখোয়দ, অক্কদ হৈব তাই অমসুং চমুকপক ওক্তবদি। উ অচৌব অমা লেমহ তারগদি করি তৌব তাই? উগী মতোংদ কাখংলগা মনা থুদিংগী, মশা থুদিংগী, মপান মইহৈ থুদিংগী ঈশিং চাইরা? হায় হাপপ্রা? মখোয়দ সেবা তৌই, উ-তুগী মশা পুম্নমক চাউখংলকই, ফজরকই। মসি মশানা তাবা হ্রাকম্নি। নখোয়গী মপুং ফাত্রবা সাধনাশিংদগী ফংলিব থরসি বৈশ্বানর আত্মাদ সাধনা তৌরগদি ইশ্বায়-নায়না ফংবা ওমগনি। নখোয়গী হ্রাখলনা অশেংবা মশকী মরম অদুদি ছন্দোক্রমে। পৃথিবীদগী স্বর্গ ফাওব, স্বর্গদগী পৃথিবী ফাওবা, থ্বাইদগী অরাংবা জীব মথলদগী, থ্বাইদগী নেম্বা অপীকপা জীব ফাওবদ মরী অমত্ত তংনদনা লোইনমকপু মপুম অমত্তুনি হায়বা শেংবা, থম্বা ওম্বত্থ অশেংব বৈশ্বানরনি। নখোয়না ভগবান শেম্লিবা লৈশেম পুম্নমকসিবু মরী অমত্ত তংনদনা, থ্বাইদগী রাংবদগী অনেম্ব ফাওবদ নখোয়গী রাখলগী মিংয়েংদ অমত্ত ওইনা উবা ওম্নবা, চিথছোবা লৈহৌরবদি — নখোয় মপুমক ওইরা উরে। অদু ওইরগদি মহু 'আত্মা' ওইবা য়াই, 'ঐ' ওইবা য়াই। করি অমুক বাংহোবা লৈগদৌরিবনো? মসি বৈশ্বানর আত্মাদুনি, 'ঐ' হায়রবদুনি। অদুম্না থম্বা ওম্বা মী পুম্নমক্কু— মহাক লোইনমক ওইরে।

প্রাণ মঙাসি করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোক্লবগী মপানগী ওইবা এক্সেন্টনি ( মচুৎ শিন্ননি )। মথোয়সি অমত্তা ভায়রবা ভগবানগী মীচুৎ শিন্নগুম্বনি। ঐখোয়না চাত্রিবা চিঙ্গাকশিংসি তুম্মবগী থবকসি প্রাম্না ( মুংশিংনা ) তৌই। ঐখোয়গী প্রাণ মঙানি মরম অসিনা ধর্ম্মদা মায় ওননিম্বা মীনা চাক চাবা মতমদ— 'মসিনা প্রাণগী, মসিনা অপানগী'— অসিনচিংবা মন্ত্র শোয়ে। মসি চুম্মগী আচা-পুজা ( রাইচুয়েল ) নত্তে, তশুনা হৈনখিবদগী, থঙদনা অতুম পাঙথোকপ্রবা রুতিমি, তৌইগুম্বস্মুং চাউম্ববা, ধর্ম্মগী ওইবা, ভগবান নীংবা যজ্ঞ অমনি। হাকথেংনবা সাধনা মথল অমনি। ঐখোয়না চাক চাবা মতমদ ( করিগুম্বা অমা চাবদ ) ঐখোয় করি তৌরিবগে হায়বচু থঙনা তৌননবা শাজেলনি, মওংনি, সাধনানি। ঐখোয়না তৌরিবা থবক পুম্নমকসি জগৎ পুম্নমক্তা লৈনবা মরীচু ভাক্লনবগীদমক প্রাণ অগ্নি হোত্রগী মরম মক্তম অসিদ হায়রি।

মৈ অহুমদি বৈশ্বানর ভগবান মশাদ লৈবনি। অমুকা হন্না কনশিনহন্নবা হায়রবদ— ঐখোয়দ লৈরিবা মৈ অহুমসি বৈশ্বানর ভগবানগ শুকথা থাদোক্লবা মাদে হায়বসি ভাক্লনবনি। মরম অসিন্না অহাম্বা চাক চথোম অহুম হুকপদা ঐখোয়না করিখনগদগে ?

## প্রাণ

প্রাণ মঙা :— (১) প্রাণ (২) ব্যান (৩) অপান
(৪) সমান (৫) উদান

প্রাণ মঙাশিং চাক্লিবা মৈগী মথৈ মঙাগুম্বনি। মসি মরু-ওইবা অমত্তা ওইবা ভগবানগী শক্তিগী— মঙাথোক্না থবক তৌবা শক্তি মওংদ ওইরকপনি। মরম অসিনা মৈ অসিগী মৈরী মঙাদ, মৈরী কাথংলকপদা মপান্দ যজ্ঞ তৌবগুম্না হোম পীরবদি— মখোয়না পেল্লি। 'প্রাণায় স্বহা' হায়বসিনা মন্ত্রনি। মসিগী অর্থদি— 'প্রাণা পেশ্নিবা ওইরসনু' হায়বনি। অহান্না চখোম হেক হুকপদ— মসি ঐখোয়না— পুক্নীংদ শোনগদৌবনি। মপান্দদ চুম্না শোনগদৌবা নত্তে; মরুওইবা থঙহন্বা পাম্লিবসি 'সাধনানি' খঙনা পুক্নীংদ খন্নবনি। ভুরৈল থুদিংমক সম্পূর্ণ শম্নবগুম্ প্রাণসিগা ভগবানগী শক্তিহুগা (cosmic force) তত্তনা শম্নহুনা লৈ। অস্থুম তৌহুনা 'প্রাণ' গী মপান্দগী ভগবানগী লমহু য়োহুনা ভগবানবু হোদোকই (invoke) মসিগী সাধনাসিদ মী অমনা চাব-থকপদ পেম্ন অহুমক্ত নত্তে, জগৎ পুম্নমক পেল্লহনবা হোংবনা সাধনা মথল অমনি। উপনিষদনা হায়— 'প্রাণ অসিনা পেল্লিবদি— মনুংদ শম্নহুনা লৈবা মত্তমদগী মিংশু' পেল্লে; ঐখোয় হুংঙাইদ্রে।

ঐখোয়না 'চাক' চাব 'মতমদ,' 'পুক' থল্লবী মতমদ মিংসি পাঙথোক্নুমনা 'অপেব' অমা শোকই। 'প্রাণসিনা' পেল্লবী মতমদ

মিংতু পেল্লি। মিং পেল্লবদি— মুমিংতম পেল্লে; মরমদি মিংকী লাইয়েন্নবদি মুমিংনি। মুমিংনা পেল্লবদি এটমোস্ফিয়ায় (হরা-মুংশিং) পুম্নমক পেল্লে, মরমদি জগৎ পুম্নমক্কী এটমোস্ফিয়ারগী লাইয়েন্নবদি— মুমিংনি। এটমোস্ফিয়ায় পেল্লগদি— মুমিং অমস্তুং এটমোস্ফিয়ারবু শেমগৎলিবা স্বর্গ পেল্লে। অস্তুম্মা চাক খজিক্তুং চাবতুনা সাধনাগী মওংদ তৌরগদি পুম্নমক্কী অপেন্ন ওই। মতুদগী কন্নি থোক্লে? অস্তুম্ম সাধনা তৌবদগী খুদক্ক মহৈ ( Re-action ) অম্মা লাক্লে। লাক্লিবা মহৈদি স্বর্গগী তোঙান-তোঙান্না মকম কয়াদগী ঈথক ওইনা ( Vibration ) মুংঙাইবা, অপেন্ন লাকই। স্বর্গগী মায়কৈ কয়াদু মুংঙাইরবদি— মুংশিংতম মুংঙাইয়ে, হরা-মুংশিং পুম্নমক মুংঙাইরে, অরাং-অপা লৈরে। লল-থুম, মিংচৎ অমস্তুং শক্তি পুম্নমক ফংলে— মরমদি বৈশ্বানর ভগবান পেল্লে।

## ব্যান

মথক্কী অস্তুম্মা ঐখোয়না চারিব চখোম খুদিংদ থোকপনি। অনিশুবা চখোম অহুনা শক্তিগী মশক ওইরবা 'ব্যান' দ কৎলে। 'ব্যানায় স্বহা'— হকচাং মতুংগী মকম পুম্নমক্ক য়োদবা লৈত্রব ব্যাম্মা পেন্নিবা ওইরমনু। ঐগী উভোংদ ঈ-চেল্লিবসি ব্যানগী মপান্দগীনি। অস্তুম্মা— মী খুদিংনা মথংগী চখোমতু কত্তুনা সাধনা তৌগনি। ঐখোয়না খক্তবগী বাংমদ মখোয়সি অমগ

অমগা মরী তংনদনা লৈ। ব্যান পেল্লবদি 'নাকোং' পেল্লে। মতুদগী, অদুগী মহৈনা অকোয়বদ লৈরিব হরা-নুংশিং অমম্বুং মায়কৈ পুম্নমক খুদক্ত পেল্লে। থোকহল্লিবা মকমতুনা পেল্লবদি সাধনা তৌজরিবা মীতুগী অরাং-অপা লৈত্রে, চাউখংপ ওইয়ে, শক্তি-মিংচং ফংলে। মরমদি বৈশ্বানর ভগবান পেল্লে।

## অপান

মথংদ— অহুমশুবা চথোম্না—'অপানায় স্বহা'— হায়দুনা অপান্দ কংকদোবনি। অপান পেল্লবদি বা ভাওলিবা 'চীন' পেল্লে। 'চীন' সি পেল্লবদি— ভাওলিবা পুম্নমকপু লাকশিল্লিবা (control) 'মৈ' পেল্লে। 'মৈ' পেল্লগদি মৈসিগী থোকফম ওইরিব 'পৃথিবী' পেল্লে। 'পৃথ্বি' পেল্লগদি— ঐখোয়ম্বু পেম্বা হায়বসি মশানা ভারব রাকম্নি। মতুদগী বৈশ্বানর ভগবান পেম্বিরে অমম্বুং সাধনা তৌজম্বিব মীতুগী অরাং-অপা অমত্ত লৈত্রে, মিংচং ফংলে।

## সমান

মম্বিশুবা চথোমগী হোমদি— 'সমান' — মানা পেম্বিনবগী-দমক কংকদোবনি। 'সমানায়—স্বহা' হায়না কংকনি। (সমানা পেম্বিরসনু)। সমানা পেম্বিরবা মতমদ 'মন' সি পেল্লি। 'সমান'

হাক্তবসি লোইনমকখু শক্তহনা মরায়দ লৈবা শক্তিনি, মতিনা পুখক পুক্নীংদ ( মনদা ) কাওই, থবক তৌই। পুক্নীং পেক্তখদি মাগা শাক্তহনা লৈরিবা লাই ( প্রকৃতিগী শক্তিশিং ) অমসুং স্বর্গ পেক্লে। নোংগী লাই পেক্তখদি নোং তারক্লিবা অমদগী হেক্ত খাংবদ লৈপ্রবা নোংথাংগী লাইশু পেক্লে। নোংথাং পেক্তবদি মথোয়সিবু শোগক্‌ননা লৈরিব পুম্নমক পেক্লে। অহু ওইরগদি সাধনা তৌজরিবা মীহুশু পেক্লে, শক্তি লাক্লে, অৱাং-অপা লৈক্লে, মিংচৎ ফংলে মরমদি বৈশ্বানর পেক্লে।

## উদান

মন্ত্রাওবা হোমদি উদান পেলহন্নদি — "উদানায় স্বহা" হায়গনি। উদান পেক্লবদি—শোক্রংশয়রবগী জ্ঞানসি পেক্লি। মহুদগী কন্নি থোক্লে — মহুগী লাইরেম্বী মুংশিংসি পেক্লে। মুংশিং পেন্নদগী মাগী লৈফম অভিয়া (অহাওবা) পেক্লে। মসিগী অপেন্নদি হেক হেক থোকপদ, ফংবদ মুংশিং অমসুং আকাশতা লৈবা পুম্নমক্কু পেক্লে। মহুদগীদি বৈশ্বানর পেক্লখনিদা মসিগী সাধনা তৌজরিবা মীহুগী অৱাং-অপা অমত্তু লৈত্রবদগী— অপেন্ন হায়বহু ওইরে। মায়কৈ পুম্নমক য়েংনা চৎলবা মরমদগী মনীং থুংদবা হায়বা অমত্ত লৈহৌরে।

অন্থম তৌহনা, উপনিষদকী মন্ত্রা, ঐখোয়বা কবিগুরু অর্থ অমত্তং তৌরদ, খুদম ওইনা কবিগুরু নিরঞ্জনদ মগং পুক্নন্ত্রী

ৱাখল তৌরগ ভগৱান্দ কংলগা চায়গদি, ভগৱানগী নৈশেমগী কাচিন-কোয়া পুম্নমক য়ৌই হায়বসি তাকপীবনি। বৈশ্বানর বিদ্যাসি তৌরব মীহ্, মাগী মশাগী ওইবা অপেন্নহ্না জগৎ পুম্নমক্তী অপেন্না ওই, ভগৱানগী সৃষ্টি পুম্নমক্তী অপেন্ন ওই। মরম অসিনা, ইপা-ইপুদগী, চৎনরকপা ওইনা থাজনরকপা— অসিগুম্বা জ্ঞানসি নৈবা মী অমনা পেল্লগ অতৈ হন্থবা মখলগী, থাক পুম্নমক্তী অপেন্ন ওই হায়বসি থাজনরকই। সাধু, বৈষ্ণব, মহৈ-মশিং নৈহব মী, উৎসবমচিংবা কত্তুনা চাক পীজনরিবসি মরম অসিদগীনি। মরমদি ময়ামগী মিৎয়েংদ মখোয়সি ইচম চম্বা মী অমা ওইনা লৌদে। মখোয়না করিগুম্বা অমত্তং চাবদ মশা পেন্ননবা, মশা হিংননবদ ওইনা চাদে। সাধনাসি তৌবা, মপুন্সিগী খোঙথাং খুদিংমক শেংন নৈবা, জ্ঞানসি নৈবা মরমদগী মখোয়না পেন্নহ্নগা— মন্নুংদ ময়াম পুম্নমক শংন্নহ্না নৈ। মরম অসিনা মখোয়গী কর্ম্মনা ময়াম পুম্নমক্তী অপেন্ন ওই। বৈশ্বানর ভগৱানবু সাধনা তৌজবা মীদ— 'প্রাণ অগ্নিহোত্র' করম্না তৌগদগে হায়বহ্ উপনিষদসিনা তাকপীরে। বৈশ্বানর বিদ্যাদ সাধনা তৌজবা, অউবা-উদবা জগৎ পুম্নমকসিবু অপুন্ন ওইনা সাধনা তৌজবা মীশিংহ্গীদি— প্রাণ-অগ্নিহোত্র হায়বসি ধর্ম্মগী ওইবা যজ্ঞনি।

———

# The need for knowledge is stressed

## ( জ্ঞান লৈবগী কান্নবা—কনশিন্‌হন্না )

বৈশ্বানর জ্ঞানসি করিমক্তা খঙদনা যজ্ঞসি তৌবা মী য়াম্না লৈ। আধ্যাত্মিক ওইবা অগ্নিহোত্রগী জ্ঞানসি খঙদনা চিজ্ঞাক চাবনা অয়াম্বনি। অগ্নিহোত্র যজ্ঞসিগ জগৎ পুম্নমক্তা লৈনম্লিবা মরীসি খঙদনা হোম পীবা মীশিংহ্ন উংতা হোম পীবনি। খঙনা থবক্তু তৌবা নত্রগদি কান্নবহ্ন মপুং ফাবা য়াদে। মরম অসিনা মসিগী কান্নবা মনুংগী অর্থসি খঙদনা হোম পীবা, যজ্ঞনচিংবা তৌবসি মপুং ফানা কান্নবা করিগুম্বা অমত্ত য়োন ফংদে। মশাগী ওইজবা পাম্বদগী হৌরকপা, তৌব ওম্বা উংপা পাম্বদগী থোরকপা থবক পুম্নমক্তুম্ব অহ্ন মঙাই। মসিনা সংসার-সিদ অপুন্ন দমক ওই, মরমদি জীবগা ঈশ্বরগ তংন-থানবা শুপ্লে লৈতনা মনুংদ লৈনম্লিবা মরীসি খঙদবদগী মথোয়দ মহুগী মহৈহ্ন অহুমক হাজিন্দুনা ফংই। হুজিল্লক্লিবা মহৈসিবু 'কর্ম্ম' কৌই, থবকী মহৈনি। ঐখোয়বু 'অপূর্ব্বনা' নত্রগা কর্ম্মনা পুল্লিবসি, ঐখোয়সি ময়ামগী মনুংদ চন্নলি, অমত্তনি — হায়বসি খঙদবদগী থোকপনি। ঐখোয়না নোংমগী শৌম্বির থবক্ত ময়ামসি লৈ হায়বা কাউহ্ননা, লৈতবত্তম্ খন্দুনা তৌবা থবক্তগী সংসারসিদ পুন্না ওইরকই।

মথক্ত হায়খ্রিবা অগ্নিহোত্রনচিংবা যজ্ঞ মথল কয়াসি (থবক পুম্নমকপু খঙনগনি), অসিগী জ্ঞানসিগ লোয়ননা থবক তৌরগদি

তৌরিবা থবক পুম্নমকসি যজ্ঞ ওইরে, জগৎকী ওইরে, ময়ামগী ওইরে। মসি খুদিংমক্কী মমনবগীদমক্তনি। ইথক হৌবদ সমুদ্র মশামক য়াওবগুম্না, মীপুম খুদিংগী থবক্তু ময়ামগী ওইরে। মাইল লিশিং লাপ্নদ কন্নাগুম্বা অমনা তৌবা থবক্তু মথক্তগী থক ওইব য়াদে। ঐখোয়না পুক্নীংদ ময়ামগী বাখল তৌহনা, মীয়ামগী কান্নবগী ভগবান্দ শীন্নহনা থবক তৌরগদি— ময়ামগী ওইরে, ঐগী কান্নবনা ময়ামগী ওইরবে, ময়ামা তৌবা থবকসু ঐগী ওইরগে। লুরিবসি— থবক অমত্তং তৌবদ পুরিব বাখলহুগী মওংহুনি। বৈশ্বানর সাধনা তৌবগী অয়োইব মহৈদি অসিনি।

মী অমুবা অমুম্না ময়ামগী বাখল তৌহনা সাধনা তৌরগদি— মহাক মশাগীদ ওইবা হায়বা মওংহু তোক্লে। মহাক্কা তৌবা থবক খুদিংমক্তু ময়ামগী ওইরে। মপানগী মিংয়েংদদি— মহাক্তু খোইদোক্না খেন্নদন উবা য়াই, তৌইগুম্বম্নুং মনুংদদি— মহাক্তু চুম্নগী মী অমা হায়বহু ওইত্রবনি। মরমদি মহাক্কী ফিলিং (Feeling), মহাক্কী বাখল, মাগী অপাম্ব (volition) মাগী অয়ান-অচুম্ তাক্লিব জ্ঞান— পুম্নমকসি ভগবান্দ ওংশিনম্রবনি। মীয়ামগী মিংয়েংদদি অতৈগ খেন্নদনা উবা য়াই, তৌইগুম্বম্নুং মশাগী ওইবা বাখলদদি— মানা তৌরিবা পুম্নমক— পুম্নমক্কী সেবা মওংদ চঙশিল্লকপনি। মরম অসিনা— মানা তৌরিবা কর্ম্মহু— ময়ামগী ওইবা কর্ম্মনি, ভগবানগী ওইবা মওংদ থবক পাঙথোকপনি, মানা কৎপা পুম্নমক জগৎকী ওইবা মওংদ, মী পুম্নমক, জীব পুম্নমক্ত চপ মান্নবা পেৎবিনবা কৎপনি।

অদুম্না ঐখোয়না, মুমা থওনা সাধনা তৌরগদি ঐখোয়গী পাপ পুন্নমকসি— উনা অকংব অমা নত্রগা লপিং মকোগ অথা মৈরী কনা চাক্রিব মৈদ হুজিরদ চাকপগুম্না— মিংকুপ অমগী মমুংদ পাপ্তু, চাকথেকপ্রে, উৎ ওনপ্রে অমম্তুং কোক্লে। চীংমুক রাংনা পৈরবা চন্ন অকংবনু মৈথেং মচৈ— মৈরী অমনা চাকথেকপগুম্ মশীং নাইত্রবা হৌগ্রবা মপোক কয়াগী পাপসি মিংকুপ অমদ কোকপা ওয়ে, কোক্লে। চীংমুক রাংলবম্ভু চন্ন অকংবনা শাবা চীংনি। অদুম্না সাধনা তৌবদগী থে'রকপ মৈচুদি— করিগুম্বা পাঙ্গল অমত্তনা থিংব ঙমদে। মরমদি মহাক্না তৌবা থবক পুন্নমক্তু মশাগী ওইনা তৌদ্রে, ময়ামগী (ভগবানগী) ওইনা তৌগ্রে পুন্নমক্না ওইগ্রে। পুন্নমক কখোক-প্রবনিনা— থবক্তুগী দোষ গুণ কয়ম্না লৈগনি? অসিগুম্বা মীনা তৌবা কর্ম্মদি দোষ গুণ লৈত্রে; মতুদগী অক-ফত্তগী মহৈ অমত্ত লাক্লে।

কর্ম্মগী মহৈ হায়বসি কর্ম্মতুদগী থোরকপনি। ওম-তৈনবা মহৈ (রিএক্সন) ফংলিবসি ভগবানগী ওইবা আইনগ চুনদব-দগীনি। তৌইগুম্বম্তুং হন্দক্না মকম অসিদদি— প্রকৃতিগ চুশিন-নদবা মওংদু থোক্লে। অদুগুম্বা মীতুগ জগত্তা লৈরিব প্রকৃতিগী শক্তিশিংগ চুশিনদুনা লৈবা মরমদগী কর্ম্মদুগী অক-ফত্ত অনিমক লৈত্রে। অদুম্না বৈশ্বানর ভগবান নীংজদুনা প্রাণ-অগ্নিহোত্র তৌরবা মীতুগীদি তৌরিব কর্ম্মদুগী অক-ফত্ত লৈত্রে; পাপসু লৈত্রে, পুণ্যসু লৈত্রে। বৈশ্বানর ভগবান থওনা সাধনা তৌরগদি

মামা হুই অমদ ভল মচেৎ অমা পীজবদু জগৎকী পেমনমা ওইরে। অদুগুম্না মীচুনা চাবদগী অরেম্বদু জাৎ তাম্বা মী অমদ পীজবদ জগৎকী মপুন্দ কৎপ ওই। মী ওইসনু, তীল-কাণ্ড ওইসনু, ওইমীংবা জীব অমা ওইসনু, পুম্নমক্ত লৈবা 'ঐ' হায়বা (আত্মা) লৈবদগী বৈশ্বানর ভগবান থঙনা, মচোন্দ কৎলগা পীজবদ লোইনমক্কী অপেম্ব ওই। অদুগুম্ব মীচুনা তৌবা কর্ম্ম পুম্নমক্ত— জগৎকী ওইরে। মামা তৌবা কর্ম্ম পুম্নমক বৈশ্বানর ভগবান উই। মামা কৎপ পুম্নমক বৈশ্বানর ভগবান্দ কৎপনি। মামা কনাগুম্ব অমদ পোৎ অমা পীবা— মদু বৈশ্বানর ভগবান যৌগে। মরমদি মহাক বৈশ্বানর ভগবান্দ পুমকৎ-কথোকপ্রবা মরমদগী বৈশ্বানরদুমক মহাক ওইগ্রবনি। মতাং অসিদ উপনিষদনা অসুম্না হায়—

মপুক লাম্লব অঙাংশিংনা মমাগী অকোয়বদ কম্লগা চানবা নিবগুম্না— জীব পুম্নমকা মাগ কল্লিমত্তা খেন্নদনা উরবা অমম্তুং পুম্নমক্তু মহাক্কি হায়না উরবা অদুগুম্না মুণিনা 'প্রাণ-অগ্নিহোত্র'— তৌবদু ভাইদুনা লৈ। পুম্নমক্কা মাবু মুংশি, তীল-কাণ্ড, হুই, হোদোং, শা-কৈ পুম্নমক্কা মাবু মুংশি। বৈশ্বানর ভগবান্দ ভজনা সাধনা তৌদুনা লৈরবা মীদুদি জগৎ পুম্নমক্কা মুংশি। মানা চিঞ্জাক অমা চাবদ পুম্নমক্ত মুংঙাইব পী। মরমদি মহাক্কা চান্নিবদু ময়ামগী ওইনা থল্লগা চাবনি। মানা পেম্বদু ময়ামগী অপেম্ব ওই। অঙাংশিংনা হিংনবসি মমানা ওইবগুম্না মহাকসি পুম্নমকী চিঞ্জাক পীবা ওইরে। মানা লৈবসি ময়ামগী মঙ্গলনি,

মাখা হিংবসিমকু, ভগবানতা, মরামগী ওইবা কর্ম্ম তৌবা মথল অমনি।

বৈশ্বানর ভগবানগ অমত্ত ওইমনব লুরবা, বাংগ্রব সাধনাসিনা, খুল্লদগী খুল্লবা নৈমরে। কনাগুম্ব অমনা মসি ভক্তনা হোৎনরবদি মীহুগী মকমদ ওইথোক্কবা হায়বতু লৈরে। মী অমনা মসিগী সাধনাদ সিদ্ধ ওইরবদি পৃথিবীসিদ যাগী তৌনীংঙাই কব্রিদ্ব লৈরে। মরমদি মীওইবগী পঙ্‌ং কমতু মহাক য়োরে, তৌনীংঙাই অমত্ত লৈরে। মসিনা ঐথোয়গী অয়োইবা ধর্ম্মনি নত্রগা মথৌনি। মসিনা থ্বাইদগী হেমা বাংবা জীবগী কননবা তৌবা ভম্বনি। অম্ভুম তৌত্রুনা মসিগী বিদ্যাসিনা পৃথিবীসিন লৈরিব অতৈ আইন্দগী, নিয়মদগী অমত্তুং মথৌদগী হেন্দোক্লা মথক্ত লৈ। ছান্দোগ্য উপনিষদতা তাকপীরিব বৈশ্বানর বিদ্যা হায়বতু অসিনি।



# ব্রাব্রোই

বৈশ্বানর হায়বা খণ্ডমবা জগৎকী ওইবা ভগবান্দুগী অথুপ্পা জ্ঞান নৈনবত্থ অসিনি। মসিগী ইচম-চম্বা খণ্ডননবা মওংসি— 'মীওইগী তৌদবা যাত্রবা থবক পুম্নমকসি লেঙদবা নৈনব ভগবান্দ কথোকপদনি অমসুং ভগবান্নসু ঐখোয়দ পীবিরকপদনি।' মসিগী সাধনাসিদ— নৈরিব,— মিংবা উরিব মুমিং-থা, থরাজ-মিচাক্লচিংব পুম্নমকসি ভগবানগী হকচাংনি হায়না লৌয়গা ধ্যান তৌবনি। খুদম ওইনা— কনাগুম্ব অমনা মশাগী খল্লকপা মতমদ মিং য়েং-ওই, খোঙ য়েং-ওই, কোক, থবাক, পুকুচিংবসি তোঙান-তোঙান খল্দবা, অমত্ত ওইনা, মতম অমত্তদ খল্লগুম অমসুং অশেংবসু মী অমগী মশাদ অপুম্ব ওইনা নৈরবা,— ঐখোয়গী সাধনাদু জগৎ পুম্নমকসি ভগবানগী হকচাংনি, ভগবান-মক্তি হায়না ধ্যান তৌগদৌবনি। মী অমনা মশাবু তোঙান অমনি হায়না থরগী মহুত্ত জগৎ পুম্নমকসি ভগবানগী হকচাংনি হায়না সাধনা তৌব ভাই। য়েং থংব মিংকী পান্দম মুমিং নৈরে, ওই থংবনা থানা ওইরে, খোঙগী মহুত্ত পৃথ্বি নৈরে, কোকী মহুত্ত স্বর্গ নৈরে, অস্মুম্না মথং মথং। খুংঅচিংবনা নোং-মুংশিং মায়কৈন, নোংথাংব ওইরে। অস্মুম্না উদ্ভিবা পুম্নমকসি— বিরাট মূর্ত্তি অত্রগা বৈশ্বানর ভগবান য়াওদবা নৈরবনি, ঐখোয়না পাক চাউপ্রব পৃথিবিসি উবা মতাংদ নখোয় নশাগী হকচাংগী শরুক মচেং অমদ য়েংলিবনি। মুমিং উবদ নশাগী নমিং

উবনি, আকাশত য়েংশংলকপহন্নু নশাগী নকোঙ য়েংবনি। মীয়াম চংশ উবিবসিন নশাগী পার্সোনেলিটি তোংডাব-তোঙাযহনি। খুবকা তকখৈ নৈত্রবা হুংলিংবনি। তৌনিব কর্ম্ম পুম্নমকসিন বিরাটকী লেঙলিবনিনি। লেঙলি-পানিব পুম্নমকসি, মতম লেঙলিবহনি, মংগী খক্নবা ভগবানগী শক্তিহনি। মংগী মায়া cosmic intelligence নি। মংনা নৈন্নিবসি, ভগবাম্না নৈন্নিবহনি। মংগী মুংঙাইবহু ভগবানগী থৌজালনি।

উপনিষদনা তাকপীবিব, বৈশ্বানর ভগবানগী খুংনি, মোঙনি, হকচাংনি— অনিনচিংব খুদম ওইনা পীব য়াননবা পান্দম্নিব পুম্নমকসি— অঙম শরুক থরদ হায়বনি, অতৈ পোং কয়াম্ন ঐখোয়না সাধনা তৌবদ পুক্নীংদ থম্না য়াই। ঐখোয়গী পুক্নীংদ লাকপ মূর্ত্তি অমদগী হেক্ত সাধনাম্ন তৌব য়াই। ঐখোয়না কা অমদ কম্না য়াই অমসুং অহাম্নমক্তদ কা অহুদ শম্দোক্লনা নৈন্নিব পোং অহুনা ঐখোয়গী মিংয়েং চিংশিন্ন য়াই। পোং পুম্নমক্ত ঐখোয়গী হকচাংনি হায়না খল্লবদি কা অহুগী মপান্দ পোং কম্না নৈন্নি হায়বসি খঙলকনি অমসুং অম্নম তৌহনা ঐখোয়না তপ্না-তপ্না ঐখোয়গী জ্ঞানসি পাকথোক-চাউথোরকপ য়াই। মথংদা পৃথিবীগী বাংম— থা-থরাম্নিচাক্লচিংব সৌরজগৎ পুম্নমক্ত— বাখলসি হেক তম্নিবমখৈ পাকথোকহন্ন য়াই। ঐখোয়গী বাখলনা হেক তম্নিবমখৈ লাকলিন্ন তম্না পোং পুম্নমক্তুম্ন— সাধনা তৌরলিব মীহুগী বিরাট্ মূর্ত্তিগী বাখলদ মাগী মশা ওইরে। পোং অহুম বিরাট্ মূর্ত্তিগী মমুং হেক চৎথিবদগীদি— পোং

মহুনা-পুক্কীংদ খৈরাংজৈনক হৌজ্জ থমল্লে, পোৎ অদু সাধনা তৌবিরিব মীওইগী হকচাং ওইরে। পোৎ অদুনা ঐখোয়গী [illegible] লেক ওইশিনরম্লীদি মহুনা-ঐখোয়দ থাজরু থমল্লে, মরমদি পোক্তু লৈল্লে, 'ঐ' ওইরে। অসুম তৌহুনা বৈশ্বানর ভগবান সাধনাদ তৌবায় পোৎ ওইরমশিংতু বিরাট ভগবানগী হকচাং ওইল্লে ( object becomes subject )।

বিদ্যাসিগী হৌরকফমদি— ঋগবেদগী পুরুষসূক্ত হায়ব মন্ত্র অদুদগী হোরকপনি। পুরুষসূক্তগী অহৌবদ অসুম্না হৌই— ( মহুদি ) জগত্ত লৈরিব কোক পুমমকসি, মিৎ-নাকোং পুমমক, খোঙ-খুৎ পুমমক বিরাট মূর্ত্তিগী হকচাংনি। বিরাট ভগবানগী মূর্ত্তি অদুদ কোক অমনা তুমিন্না নোমই, চীন অমনা মোকই, অহুমশুব অমনা শুক্তোকই। শকুম অমদনা কমই, অমদনা চৎলি, অমনা নক্লা, অমনা লাপ্ন লৈ। অসুম তৌহুনা মূর্ত্তি পুমমক, লেঙলি-পাল্লিব, তৌরিব থবক পুমমকসি বিরাট মূর্ত্তিনি, ভগবান্দুম'ক্র হায়না ঐখোয়গী ধ্যান্দ পুশিনদৌবনি। অদু ওইরগদি— ঐনা তৌরিব থবক— চাবা-থকপ, চৎপ-কপ্প, রাখল থন্ন পুমমকসি অপুন্ন পুমমক্কী ওইররে।

ছান্দোগ্য উপনিষদকী অসিগুম্বা বিদ্যাসিগী লোইশিন্নকপদা অসুম্না বারোই পী— মহুদি 'ঐ' হায়নরিবদু জগৎ পুমমকসি অমত্ত ওইবা বৈশ্বানর ভগবান্দুনি হায়না খন্দুবা সাধনা তৌরগদি পুমমক্কী হিংনবা য়োকখৎ-শাবিব হায়বদু ওই। অভাংমচাশিংনা মমাগী অকোয়বদ কমুগ— চানব পীয়, হায়হুনা নিবগুম্না মী

পূর্ণমক্পা অসিগুম্বা মীওংগী অকোয়বদ কয়রগা মাগী থৌজাল মীচা লাম্বন্দুনা চোকথরব মী অমনা হেক চাবগ মশা পূর্ণমকপাঙ্গল হঙ্গংলকপগুম্বা অসিগুম্বা সিদ্ধ পুরুষনা চাবগা পূর্ণমঙ্গল ওই। মরমদি মহাকসি 'পূর্ণমক্তু' ওইরবনি।

মতাংসিদা ঐখোয়না কাম্যক বন-দা দ্রৌপদীনা পাম্বৈ লৈত্রবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দ খুরুমজবা মতমদ, ইবুংঙোনা লেঙবিরকুনা থজিক্তং চাবদগী দুর্ব্বাশা-নচিংব ময়াম পূর্ণমক থল্লি হায়বছু খুদম ওইনা লৌব য়াই, মরমদি মতম অদুদা ইবুংঙোদু বিরাট মূর্ত্তিদু ওইরবনি। অসুম্বা বিরাট ভগবান সাধনা তৌরব মীদু ভগবান্দু ওইরবনি। অসিগুম্বা মীদুদি পূর্ণমক্পা মরূপ ওই। লেঙলি-পাল্লিব হিংলিব পূর্ণমক্তু মঙোন্দ অরাং-অপা লৈতনবা খুরুমজৈ। অসুম্বা সাধনা তৌদুনা সিদ্ধ ওইরবা মীদুদি— মহাক ভগবান্দুমক ওইরবনি। বৈশ্বানর ভগবান সাধনা তৌজরবা মীদুদি জগৎ পূর্ণমকসি মহাক অমত্ত ওইরকই, পূর্ণমকপা 'ঐ' দুগ অমত্ত ওইরকই, ভগবান্দুমক্তু ওইরকই।

হরি ওঁ তৎ সৎ

—( লোইরবা )—

ফোঙগ্রবা লাইরিকশিং :

১। বেদ ব্যাস

২। গীতাগী শক্তম